অনীশুবা থূংনম, ১৯৮৯
পোক্লফম পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল
অমসুং
হাওবম পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল-না
১৯৮৯ দা ফোঙবা।

মমল ঃ লুপা ১৫/—

নম্বা ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বাজার, ইম্ফাল-৭৯৫০০১।



# অহৈবগী শম্নপ্পা পুন্সিগী ৱারী

শ্রীহাওবম ৺তোম্বা ইং কুমজা ১৯০৮ দা য়াইস্কুল চীংঙাখম লৈকাইদা পোকই। অপোকপগী মমিংনা শ্রীহাওবম ৺ইবুংঙোহল সিংহ কৌই। অপোকপীগী মিংনা শ্রীমতি চোংথাম নিঙোল অমুলৈমা দেবী কৌই।

শ্রীতোম্বা খর থেংনা লাইরিক তমখিবনা ইং কুমজা ১৯৩৩দা কলকাতা ইউনিভরসিটিগী মখাদা মেট্রিক পাস তৌখি। মেট্রিক পাস হেক তৌবগা মখা ভানা লাইরিক তম্বগী ৱাখল থাদোক্খি। ইং কুমজা অসিমক্তা রাম লাল পাউল হায় স্কুলদা ওজা ওইনা থবক তৌবা হৌখি।

শ্রীতোম্বা সিংহ অঙাং ওইরিবৈদগী ফোক্ক ড্রামা ইফুনা পূথোকপগী রাখলগী ইথিল লৈরকই। মরম অসিদগী মহাক্না হিংনবগী লানফমদা শুজা অমা ওইনা খোংদাহুনা লৈরবা মতমদা অঙাং ওইরিবৈদগী শামজহুনা লাক্লবা ফোক্ক ড্রামা ইবা হৌরকখি। শ্রীতোম্বগী তেল্লবা পুন্সিগী ঈচেল মতেক খর অতুগী মনুংদা " মুরা শাম্বলেম্বী " " থাইনগী লৈরাং " " পিদোন্ন " " শায়োল শাকবা " " মৈতৈ চন্থু " " পাম্বোইবী " তাম্নানচিংবা ফোক্ককী লিলা কয়া ইবীরম্মী। অইবা ড্রামাশিং অসিগী মনুংদা খরদি ছাপা তৌদহুনা থম্বীরম্বা য়াওরি।

শ্রীতোম্বা অসি মনিপুরগী মনুংদা ফোক্ক লিলা ইবদা থোই-দোক্না মমিং লৈরবা শক্লাইরবা অমনি। অইবগী লিলাশিং শুমাং অমদি ড্রামাগী ফম্পাক্তা চাংদম্নবা খুদিংদা বেষ্ট স্ক্রপ রাইটর তক্তুনা তাখি।

ইং কুমজা ১৯৭৪ দা রাম লাল পাউল হায় স্কুলদগী পেন্সল লৌহুনা থবক্তগী পোথাখি। অস্তুম্না ফোক্ক লিলা ইবগী ম ই.ক-দা খোংদাহুনা অস্তুম লাকপনা মশাগী চহি ৬৮ শুরকপা ইং কুমজা ১৯৭৬ কী নভেম্বর থাগী তাং ২১ দা তাইবং পাল অসি থাদোক্লমহুনা মপুগী খুয়া থম্বালদা চংজখি।

অইবা অসিনা মচান্নুপা ৩ মচানুপী ৪ মহুৎ মরেং শিন্নবা তাইবঙ পাল অসিদা থম্বীরম্মী।

# তাম্না

## অহানবা তাংকক

১বা উৎপা

মতম—অদুক ।

মফম—নোংত্রেনখোম্বগী ময়ানয়ায় ।

( ওসি-খূমননিংথৌগী মনাও ইবুংঙো য়াইমবা চাংলেনখোম্বনা লাকঙম ফাম্ভমত্রবা নোংচুপ চীংশাং ওবগী লৈপাক পূম্নমক হয়াও মপুং ফানরে । নিংথৌনা মনাও ইবুংঙো চাংলেনবু ইকায়খুম্নবা উৎতুনা লৈপাক চঙনা ওকতোরি । মাত্তৃগীদমক শগোল পাউ থাহনা পুংশেঙ্গ য়ৈহনা য়ুমথোঙ য়ৈনা পাউজেল্লি । তানৈবা অমা লাকতুনা নোংত্রেনখোম্বগী থয়ায় থোংগান্দা থুংলরে । পুং দ্রঙ্ দ্রঙ্ থীন্দুনা লাউরকই ) ।

### পাউজেলখোল

খঙ্দবসু খঙ্হোৎরো
তাদবসু তাহোৎরো,
লৈবাক নিংথৌ অনিনা
শানৌ শিথোঙ য়াইমবা,
মনাও ইবুংঙো চাংলেনবু
নোংচুপ চীংশাং ওবগী

চীংশাং খোনবা খোন্দৌরি ।
ইকায়খুম্না উৎনবা
ঙসি নায়জ চনবদা
লৈম্না জিংখৌ লেঙথোক্লা
লৈপাক চঙ না ওক্কৌরি ।
লৈপ্পাক কনা অমতা
চিংখফদে খঙ্হৌরো ।
তাও—তাও—তাও,
লৈপাক পুম্বা তাও !

( পুং ড্রেঙড্রেঙ, খীল্লি-অমুক তম্না লাউরকই )

অসিন্মীস্থ মথক্তা
মনাও 'বুংডো চীংলেনপী
মনাও 'বেম্বা অপাম্বী.
তাইবংমুবী মণোক্তা
লুরেন তম্ফা শিনবীবু
খুমন লৈশ্রান পুম্বগী
লৈমা ঙনথঙ লুচিংবী,
থিম্দোক্কৌরি নিংথৌনা ।
নংত্রা-শেন্দ্রো নফদে
লৈবাক পুম্বা কায়ক্লো ।
তাও—তাও—তাও—,
লৈপাক পুম্বা তাও !

( পুঙ, ড্রেঙড্রেঙ, খীল্লি—ইম্বুংদগী তরুবী চেম্থোরকই
—নোংজেম্না খোঙবা পায়জুনা লেপতুনা লৈ )

তরুবী— করি চায়বা তানয়্বৈবা ?
অমুক্তংগা পাউদমখো ।

তানয়্বৈবা মনাও 'বেম্বা অপাম্বী,
তাইবং মুবী মণোক্তা

নুরেল তঙকা খিনখিদেং
খুমন লৈমোন পুম্বগী
লৈমা শুমথঙ্ লুচিংবী
খিঙ্গোক্কৌরি নিংথৌনা
(লাউথংনা)
চীংলেন-অপাম অনীনা
য়াইক-চেরে, য়াইফরে ॥
থঙ্দবনু থঙ্হৌরো
তাদবনু তাহৌরো।
(হায়না পুং থীল্ল-থীল্লহুনা চংথি—
তরুবী মুত্তাইজবনা লুপ্রেন শাংহৌই)

তরুবী— করি হায়বা! কৈদৌবা!
চীংজেনখোম্বা মতালোয়,
অরাম চপু অপামবু
লৈমা নিংথৌ অনীনা
খুমন্ লৈপাক পুগগী
লৈম্রোনশিংগী লুচিংবী
খিন্দোক্কৌরি হায়বকো!
অচ্চা! মহাক্ খীখো!

নোংজ্রেন— তরু!

তরুবী— লোয়ুম মাঙ্গা ইবুংঙো,
হিংজহনা লৈনিংঙে।
অচোপ-ইকায়-শেঙ্গোইনা
শম্মু শরোয়বনা
তরু ঐগী মীওইপাল
তরঙ্-মায়ঙ্ ওইরক্নে।
নক্রে নক্রে তরুনা
হিংজনগী ক্বারক্নে।

নোংথ্রেন— শায়মা লিন্দাং শাংবী-গু,
লৌশিং নহা শৈদমশাল
নৌজা মাগুম কম্বিগী
পূক্লিং ইরৈ চনবগে ?
চীংলেন অপাম অনীনা
হেঞ্জবদি খুমন্দা
নোংথ্রেন তক অনীগী
লেমজ-নকম নম্রবা ?
তরুবী— 'মুকস্থ হন্না পনবিরে।
মরম অদু তাদুনা
লৈজরোই ঐনক্না
য়াইবি মাঙবা নত্তনা
ঐগী ইডবা লৈররোই
( চংকে তৌই - খান্না )
নোংথ্রেন- ঙাইথো, ফিংগংখিগন্থু।
মরমদদি তাক্লমখো।
তরুবী।- কাউমন্নস্থ কাউবিদা !
শন্নাং লাইবু হন্নাওডৈ
নিংথেম লৈমা লিম্বোইনা
লৈপাক মাঙদা ননাইবু
ইফমদগী চিংথোকখি।
মনাও নুপী অপাম্বু
ঐগী ইফম অত্থদা
তন্না ফমজেং লাংহনখি।
লৈপাক ফিঙৌ কৌবদা
তীন্নাং তীল-শীংনহুনা
ঐবু খুজোয়নখিবা —
নোংথ্রেন- তক তক নিংশিংজি।

তরুবী— ননাইইদি লায়রদা
ইবুংঙোগী তাঙ্জন্তু
ঘিরাক খুম্বা নত্তরা ?
নোংত্রেন ।— মানি, ঐগী কোলোয়দা
কাইরংবন্নি হামুক্লা ।
তরুবী ।— ইতীক ইৎম উৎনবা
ইপূক থোক্লা শীত্তবা
ফম্ফম্মকস্তু ন’ত্তনা ।
ফমশীনবনা শীঙ্গিনবা
ফমদা খুজা য়াহ্নবা
ফমজ্ঞখিবা নত্তরা ।
নোংত্রেন ।- কাউদ্রি, ইমিং অসিনা
তবং তরং উহিক্লি ।
তরুবী ।— খুদক অতুমক্তদা
লোয়ুম-মাঙ্গ-ওইবগী
মীৎকী ইহুন্ হাইফেত্তং
ফংজরম্বা থোক্ল’দি
অরাম চম্নু অপাম্বী,
মশম খুৎনা পায়হ্নবা
লৈপাক নিংথৌ মমাঙ্দা
শ্রো শ্রো চিংলমদৌবনি ।
’হুবু লাইবক থীবদি
’য়ম্বে তালোয় ওইবনা
লৈপাক কুম্মে ওইহ্নবা
নোক্ল চাউবা তাইবংমী
থদাঙ্ মথা থাখিদো ।
নোংত্রেন ।— বাঙাঙ্ খোংপাক নাইদবী,
ইরাজ্জী কানিনে !

তরুবী

হু-হু, ইন্নাম্বগী কা !
ননাই ঐদি কনানো !
তরা থোক্না থির'স্থু
তরা কংডি অসিনা !
মবী মকুম পুযদা
শঙ্গোল্লাইবু চুমিবা,
ফুগোয় রাঙ্গোইনবদা
মোন্তাই-শুদাইনরিবা
কনাই মন্ডং লাংগীনো ?

নোংজ্রেন ।--

মুপীশিংগী শিঙ্গাংশি
তরু, মাতু খণ্ডবুনে ।

তরুবী ।-

খণ্ডমন্নস্থ খণ্ডবিদে
কনাই মপান ডাংজনা
ডাজরিবী মুপীনো ?
মপুন্নোইবৈ মডান্না
ডাম্বাং ঋয়না ডাজবী,
মপান ডাংনা পাজবী
মুপী ওইবী নত্তবা ?
অতুশুম্বা মপুনা
তুফক-তুফাই-চন্দুনা
ফকচিন্দুনা লৈরগা
চাউখত্তোবা কৈদনো ?

নোংজ্রেম ।—

থীনক খণ্ডনা ডাডণ্ডুকো।
ঐসে মিংথৌ মচানি,
নিংথৌরেনগী অনাওনি
ইতীক ইজাল মাইজনা
পাজনিবা নোংজ্রেনি ।

তরুবী — ফনবিক্সু তানীংত্রে।
মাঙোক্কাউবু ওইহুনা
খোঙ্গাম্ব ফম্মেৎনরগা
মফুদেক্কা ফনবনা
পানা খোকপা য়াবরা !

নোংজেন ।— অচ্চা, কয়াদনোসে !

তরুবী ।— য়েংজনীংদে ঐহাক্না
শাজেল চাউবা পোরোবী
তাংজ চকম ওইবদো !

নোংজেন ।— অচ্চা, মতোয়নরা-নত্ত !
মীশক খঙ্দ শাত্রাহে ।

তরুবী ।— খঙিঙ, ঐগী 'বুংঙোনি।
অরা-মুংঙাই পুন্সিগী
নীংন ঈরাচ্চফম্মি ।
অসিগীসু মথক্তা
নিংথৌরেনগী মচানি
নিংথৌরেনগী মনাওনি ।
ওইহুনসু, চন্নব্রবা
মঙাল মশেক লৈত্রবা
অয়ুক খোকপা থাজনি ।
শূনত্রবা কাঙ্খ-থাঙ্,
কৈরোই খুল্লক লৈরক্কী
নিংথেমচানি ইবুংসি ।

নোংজেন ।— ইয়া—তরুবী !

তরুবী ।— নত্রিবরা খনবিম্ব—
লোয়শঙ্ অমতগীসু
কুমউ কাওবা ওইজত্রি ।
নীপা খোঙ্গা খোকতুনা

তাম্না

তোকপা 'মনু ক্ষারুদে
উরীং 'মফাও ঙল্লুদে
নিংথৌনম্নু হাম্বিদে ।

নোংজ্রেন ।— হা হা হা হা হা !
মাছুগীরা নহাক্না
নিংদোল অহুক পোম্বদে ।
য়াম্বিবমখৈ য়েথোকপা
কান্নি মখৈ কোমথোকপা
মীপী হৌনশানিনে ।
'য়াম্বা অনী লৈরম্নু
হেনকত্রবা থোরক্লো,
পোইরৈ লম্নদম অসিনা
নাকপাক য়ানা লেপথ্র'স্নু
ইতীকা ইঙম ঙাকতুনা
মায়য়োক য়াবা ঙম্নবা
নোংজ্রেন ঐনি থঙঙুনে ।
ক্ষরে মসি তোক্রসি
নাথৈ শেংনা নহাক্কী
অপাম্বদো হায়দোক্লো ।

তরুণী ।— করি ওইনি হায়বগে,
লৈমকোন্দা পোকপীনা
অরাম চহু অপামগী
মথা পোন্না লৈত্থনা
য়াথং য়াবা ঙমজয়োই ।
মাসিমম্নু থঙবিয়ু
খূমনপুংদা ওংবদৈ
লুরাং নিংথৌ মমোম্না
মহ রাওক্র' ভাঙজগুম

লৈখা খোল্লা লৈবনি ।
মৈতৈ, মোইরাং চেংলৈদা
ওঙ্লয়'দি ঐ অসি
লৈবাক্কীদি মবেম্মা,
লৈমশিংগী লৈমারেল
ওইরমদোবা নত্রদো ?
মাসি খঙ্না চৎপীয় ।

নোংব্রেন — হা হা হা হা হা, তরুবী,
লৈমা ওইবা ফংনবা
ঙাঙোই-লৈপাক পাংজ্না
চচ্চরগে অসিরা !
হা হা হা হা হা ।

তরুবী — শানৌ শিঙ্খোঙ্ য়াইমবা,
খোয়দৌ শীকপা ৱাঙাঙনা
অমুক বরেম্নিরম্ভু ।

নোংব্রেন — নীংশিংরিব্রা নহাকপো,
নগুংলাংগীদমক্তা
ঈঙাঙ্-পাক্তরুখিবা
ঈম্ন পাম্ফেমখিবা
লোক্তাক ঈরেল ময়ায়দা
লুরাঙ্ মোইরাং তুমখিবা ।

তরুবী — পুম্নমকতু নীংশিংলি ।
তরু-তরু-তঙাম্না
মমি ভাব্রি মীংমাঙ্দা ।
ওমচারুবা শাম্বিদা
কাইদ শিংপ্পা মালংনা
কাইহৌ কাইহৌ কায়কপা
ঙসি লোংজ্বাক্সিদমি

'কনবা শহুম ৰংহুনা
মৈরী থোক্না চাকখংলে ।

নোংত্রেন — মৈরী অহুমকুন।
খূমন তুম্না চাক্নবা
ভাঙোই লৈপাক য়োৌনবা
খোঙ্দম্নগে অসিন্না ?

তরুবী — শানৌ শিখোঙ অতোনবা,
খোইবি-নিংথৌ মহুমদা
চৈনা কোয়থিন হিন্দুনা
খোয়রাঙ্ খোয়শাঙহনবগী
মতম অত্ত নত্তরে ।
হুন্দকমুক্কী মপোক্তা
লুরাং চহু তরুনা
ইমং অনৌ শুনবা
য়ুন্নাক লৈফ্রে লামগনি
কৈদৌনুংদা থন্‌বিহু ।

নোংত্রেন — অহুদি— ?

তরুবী — শরাং লাইবু পন্দুনা
শরি শোল্লিবসিনি—
লৈপাক মাঙ্দা ননাইবু
খুঙ্গোইনখিবদুগী
লম্মল খুম্বিত্রবদি
খোদাক ঈরেল ময়ায়দা
ঐগী য়াইবী কংলুনি ।

নোংত্রেন — হায়য়ু, নঙ্সে তরুবী,
ঐগী হত্তাইনবীনি ।
অম্না-মুঙাই পুন্সিগী
য়াইবি-য়াইতুংনফম্নি,
য়াইরেল য়াঙা-নফম্নি ।

তরুবী— খূমন-নিংথৌ ওইবিয়ু
লম্মল খুম্বা শকচগে ।
নোংত্রেন— করি ! তরু করম্বা
তরুবী— শীজবতা ইনবিয়ু—
ফুজবগী চক্শুম
তরুবীগী খূদোম্বা
খূমন্ লৈপাক উঙ্জগে ।
পোম্বিতনা পোরম-ফাং,
খূজীম্বনা খুয়ৌচল,
থৌয়াংতনা থৌরম য়াল
খূমন কম্বাল কচ্চগে ।
নোংত্রেন— নিংথৌ ওইবা ! ইথক্তা—
'য়াম্বা অনী লৈরিঙৈ
করম তৌনা ঐহাক্না ?
হায়দোকপদা লায়রবা
পানশিনবদা লুরবা
তরু নঙ্গী য়াফম্নি ।
তরুবী— অদু ওইবিরবদি
চীয়োল-য়ানা করিগী
হক্তাইনবী হায়দুনা
হৈমাঙ শারি মনানা ?
করিগীনো মাঙনা
নথোঙ কোন্না পাজবী,
নরুম থুপ্না ঙাজবী,
খূয়া খাগী ননাইবু
অসুক মুংশিবিত্রিবা !
পানবিহৌয়ো অয়ম্বা,
ভালোয় ভাবী-মচবু

তন্নাই ভগোক থন্দোকপা !
তাইবং তায়োম্বনা
তাউথহৌরো তোকঙাপী
মুঙাইরবা তাইবঙপী—
তুরেল তোর্ব্বান-তোরৈ-ইন্
নিংথৌ-চানি হায়দুনা !
লুন্নাঙ চম্নু তরুদি
করি নত্ত' তোকঙাদা
নোংঘোল শঙ্গ'য শাত্নুনা
মুংঙাইথোকপা ঙমজদ্রে,
লৈবিহৌবো, পালহৌরো।
নিংথৌমচা ইবুংঙো ।
[ কন্না চেনখি — নোংদ্রেন ঙাইহাক
ঙক্চানৈ-'ফংনা কৌরকই ] ।

নোংদ্রেন— তরুবী

( কন্না তান্নখি )

# ইঙুবা ডংপা

## শ্যামন কোনুং

মকম—শঙ্গায় মাঙ্গোল।

মতম—নারল চনবা মতম।

( নিংথৌ পুন্সিবনা মপারী নৌরা তম্ফা যোয়হৈববু মথুং শমতুনা লাকই—তম্ফানা মোরানবী অমা কোল্লি—নিংথৌশেনবা অমনা কাঙ্‌হাই থৌগল তৌরকই )

পুন্সিবা— লৈমা নঙ্‌বু কৈদৌরি,
পারী তম্ফা য়েংযহৈবা
ওক্লি হায়বা থঙ্‌দ্রবা ?
( লিস্থোই চেঙ্গোবকই )

লিস্থোই— পারী।

তম্ফা— পলেম। ( মমাগী নাক্তা চেনশিল্লি )

লিস্থোই— পারী নৌরা নহাক্তা
সনা কৈথেল কাকবা
করি চৌন্দমজরকই ?

তম্ফা— কৈক্রা য়াম্না চারকই।

লিস্থোই— কৈক্রা হান্নবদি করিনো ?

তম্ফা— ঙমোকনিনে অপোকপী।
হাউই, থুম্মী, ওইনম্মী।

লিস্থোই— পলেমগীদি পুরকত্রা ?

তম্ফা— পুরকই। ( মপা তাম্না চেনশিনগ্রে )
ইপা নিংথৌ, ঙসাইগী
থোয়মাঙ্‌হৈদো কদায়নো ?
লীজ্জগো পলেমদা।

পুন্সিবা— ( তম্ফাবু চেৎনা কোন্নগা )
মুংঙাইতেদা শরিশো।
পারি 'বুংঙো ইচানা
মমাগীনি তমজবা
চীন্দম তাওউজিং খোয়রাঙহৈ
মাঙ্‌কম তাকম খঙ্‌দনা
লম্মখাঙ্‌দা মাঙ্‌হৌরে।
'সিগী মুংজা-নবনা
কয়া মুংনাংনরবা।

[ তম্ফা পেহৌ পেহৌনা মমা তাম্না চেনশিনগ্রে ]

লিম্হোই - ইমাই তম্ফা য়োয়হৈবা,
করিগীনো কপ্লিবা।
( কোনশিনবী )
কপ্লগন্নু, ইমা লৈ।

পুন্সিবা— অমতবু নঙ্গেনে,
লিম্হোই, অনীনিনেহে !
পারি 'বুংঙো ইচানা
তাইবং মীরোল তাহ্না
ইহাল হাম্না থেংনবা
থেম্র—লুকমায়'মদগী
মশাগীসু খল্লিরক্তে—
"'সীনা পম্হৌ নঙ্‌গীনি।
'সীনা পলেম মাগীনি।"
অসুম হায়না খন্দুনা
পলেম পম্হৌ অনীগী
মশক নাইনা তমজবা
ইহান হানবা খুদোনপোৎ।
মাঙ্‌কম তাকম খঙ্‌খিরে।
বায়দা চিঙ্খ্‌ মোংলব্বা !

লিম্বোই— পারী তোক্লো কপন্নু।
হুয়েংদিনে ইমাগা
সনা কৈখেল বারুসি।
খোয়থুম্বা খোয়রাঙহৈ
হৈপোং হৈপোং লৈবিনি।
তম্ফা— ( মখুং তমহুনা )
'মুক য়াম্না লৈবীমুকো!
লিম্বোই— লৈজদিকো, লৈবিনি।
পুন্সিবা— লিম্বোই নঙ্দি খঙলিরোই,
ইচাদিনে মোরানবী,
তিঙ্-তিঙ্ চোংবা হৈরেদো।
লিম্বোই— পারী হৈজরবরা ?
তম্ফা— হৈতদিনা, চোঙ্ঙ্রা ?
লিম্বোই— চোংঙ্ চোংঙ্ হৈরদি।
[তম্ফানা মোরানবিগী শেগ্রাক্তা মখুং অনিনা পায়হুম্না চোংলকই]
তম্ফা— তিঙ্—তিঙ্—চাউরো,
তিঙ্—তিঙ্—চাউরো।
থবীনা কারিঙৈ কাহোরো,
থবানা পাল্লিঙৈ পালহোরো!
চাউরো—শাংলো—!
নপা পারেপ ফংজরো
নপু পুরেপ তাঞ্জরো।
তিঙ্—তিঙ্—চাউরো।
লিম্বোই— পারী 'ঙাওবা নহাকপু
করম খোক্লদোরিবা! ( চুম্মি )
পুন্সিবা— চখলো, চঙেঙা ইচাবু
তরা চৌন্দখিক্করো,
নাউখেম নাউগুখিক্করো!

তম্ফা— ঐগী মোয়ানবিবুম্ব,
পলেম হুম-খেম্বিম্নকো।

লিম্থোই— খেমদোকপম্ব ঙাইজনা।
( পমহুনা পুখি )

পুন্সিবা— ওস্থোকইদা নোংদখা,
করি খোল্লগবকো।
[ মরু লুক্লা লৈ—নোংগ্রেন লাকই

নোংগ্রেন— য়াম্বুং 'বুংঙো লৈমাবা,
খূমন লৈপাক মপু—ও,
নশানৌদি অতোনবা
ননাই নোংগ্রেনখোম্বনা
লৈদা পক্লা নোঙ্গরি ( য়োইনিংথৌ )।
( খুকম্মী )

পুন্সিবা— শানৌ শিখোঙ্, অতোনবা,
ফম্ফম্লাংদা কমজয়ো!

নোংগ্রেন— সনা হকচাং অহুবু
খিৎ ঙুংঙাইবিরিদনা?

পুন্সিবা— অহল ওইবৈ লাইমন্দা
রাখল মৈশা লাংবনা
মুংঙাইফম্ব খঙ্খিগ্রে।
পারী ইমোম অনীগী
তুংগী পোলোই খনবদা
চীয়াল লাম্বা ফংদরে।

নোংগ্রেন— খম্ববিয়ু ইনিংথৌ!
হৌজিক্লা 'সি য়োর'দা
পারী ইমোম অনীগী
তুংগী মীওই-মীপান্দি
খয়ুম মাগী লোংদম্নি।

পুন্সিবা — ছিঃ। 'য়াদ্রৈ নোংত্রেন, করয়া ?

নোংত্রেন — নৈজেং ফানা লৈজরকপা
কুমাং-কুম শিং য়াম্লে।
হায়দোক্লসি বাতাথী
হায়রম্লসি বামাঙবা।

পুন্সিবা — হায়রু তাসি শানৌতোন,
বাথাঙ য়েনা বারেপকে।

নোংত্রেন — 'য়াম্বা নিংথৌ শেনববু।
( ইছুন পী—নিংথৌশেনবা থোকখি )
'য়াম্বা 'বুংঙো যোয়মরেল,
হৌজিক ফাওবা খঙবিদ্রি ?
থৃমন লৈকোয় পুংমথোল,
য়াম্বুং য়াইমা চীংলেনগী
শাগল হংলাক চনথরে।
মপুই মনা মীৎস্নানা
উইশিনখিবা মুমিংত্তা
চোয়নৌ সনা কম্বাম্বা
কমদেঙ-লাংগ্রদৌবনি।

পুন্সিবা— শানৌ শিঙ্খোঙ অতোনবা,
য়াম্বা ঈছল তানখিম্লু।
নম্বাম্বু না তাগ্রগ',
শায়মা নাইম্লু থাংখিনি।
ইচীল-ইনাও অনীদি
পলেম পহৌ তিয়ৈদো।
ইনাও চীংলেন খোম্বনা
পলেম'মনা পোকপনি।
হেঙুম হৈঙুঙ নাইম্লুসি
লৈঙুম লৈচা থাইম্লুসি।

নোংজেন — সনা নাকোং ওইনবা
হিরী কোঙোয় থাংলিবা
পরৈ হন্দোকচবনি ।
রায়েল চৈরাক পায়হনা
মীহাং-মীপুন তেম্নবা
য়াম্পুংনিনে লৈমাবা ।

পুন্সিবা— হায়জহনা য়াম্বনা
ম'বু লৈঙাকহনবনি ।
তাইবং মীরোল থোকভৈদৈ
পূবথা-লিনথা থাদ্রবা
চীংলেন্নিনে শানৌতোন ।

নোংজেন— ঊম্না বূপ্না মীপূকপু
হঙবা ঙম্বা কনানো ?
খুদোংচাবা যংল'দি
পৃকক্ষবসু হুরাগ্নি —
যম্নেন কমথোই ওইরবা
যম্বাল যম্বু ফংল'দা
থাগদবা কনানো ?
য়াম্বুং যাইমা চীংলেন্না
চৎত্রংস্থ অকায়বা,
'তৈমা সিজা ঙপাম্বী,
হৈজুনহা মপাম্বী ।
চৎলোই হায়না নীংবিস্তু ।
কংলা মেনগী ফম্বালবু
হিহৌরবা হেজুনা
অচেঙবসি পায়থগা
থাদোক্লক্লি খনবিস্থু ।

পুন্সিবা— করি হায়বা ইশানৌ,

হেঞ্জুনহা তেনশূনা
ফম্বাল ফম্লেন পাম্বনা—

নোংজ্রেন — শাগী শারম শীনখরে,
লানগী লাল্লম য়ানখরে।
খূমন লৈপাক পূম্নমক
লোইনা শূকখোম খোমজিনখ্রে।

পুন্সিবা— নোংজ্রেনখোম্বা ?

নোংজ্রেন— য়াম্বং 'বুংঙো লৈমাবা।
লেপ্পা চনবা মীচুনা
মাগী যম্ফম তাল্লকপা
কযা ঙবা থবক্নো !
অমুক্তংদং মূক্পদা
হেঞ্জু খ্ত্তা কেন্দৌবা,
খূমন কংলা ফম্বান্নি।
হিরা চেৎনা কোনবিহৌ,
বাঙ্গোল নিংখৌ তম্ফাগী
তুংগী লম্বেল কোক্নবা।

পুন্সিবা— করি ! নোংজ্রেন কৈদৌবা !
খূমন ফম্বাল তোংনবা
হেঞ্জুনগা তেনশূনা,
লৈপাক পূম্বা খোমগ্রবা !
থূৎপায় চেৎনা পাবিবা
ঐগী কংলা মেনসিবু
কম্না 'মুক্তং মূকপদা
মখোক লোয়বা হৈরাঙ্গুম
কেল্লদৌবা মখূত্তা !
হা হা হা হা ! শানৌতোন,

'য়াদ্বে নোংম্রেন নঙ্গাকপু,
খিং হায়মনবা থোক্রোইরা (ইপা)।

নোংম্রেন— ননাও নোংম্রেন ঐবুদি
থাজবিকম থোকপ্রদো!
ননাই ঐগী হাওঙ্গদি
লুরাঙ-চঙ্গু-নিঙ্গোঙাম্নি।
'তৈমা খুমন লৈমগা
লৈমা ঙমথঙ্ লুচিংবী
'তৈমা অপাম্বীগদি।
পোকম্নিন শাংামম্নবীনি।
চিদ-চিশিল্লকগা
নীপা মরিদগীম্থু
লুপী মরি থোকপনা
চিশিল্লবা হৌনৈদো!
হা হা হা হা হা!
(হায়ত্নুনা খোঙ্ অমা অনী থাংদোক্ল।)

পুন্সিবা— (ইকায়-শাওরংননা)
অচ্চা! নোংদ্রেন মতোয়না?

নোংদ্রেন· (লৈশিল্লত্নুনা)
ননাও শমাম্ন লৈজরোই,
মপুই চৈরাক তাবিসি।

পুন্সিবা — রাঙাঙ্ রাকম্নত্নুনা
রাপা লাকউ নত্রদি,
ঐহাক খুমন নিংথৌনি
ময়াম্বনি থঙ্ঙ্গে।

নোংদ্রেন হঞ্জচনি তাবিসি—
সনা কোল্লুং মগ্নোন্দা

অনা মাক্তা নিংথৌগী
তুমিং কাওবা পাম্নমদ্রে ।
অঙম অথৌদগীনা
মীনাই মুংগা শামবা কাও
থোইরাদনা থোই য়োম্বগুম
য়োমত্রে য়াম্নুং য়াইমদা ।
থোয়থুম্নবা থোইহিবু
মপূক থম্না থরুবা
তুংগী কিবম উরবা
অকন-অথৌ কয়ানা
মথোই কানা নোক্নুনা
মুংঙাইনম্বিবসিবু
করি মরম লৈবগে ।
বায়দকো নোংদম্বা
পাম্নী তঙ্কা অশীবক
তুংদা করি থোকবা ?

পুন্সিবা— চুপ্পী শানৌ মহাক্না ?
লৈপাক কনা অমত্তা
নিংথৌ ইনাক য়োম্বকত্রে ।
তুবি লাইরেল মতুংদা
লেম্লৈ ঙাম্নমবগুম
চীংলেন মতুং ইন্দ্রে
হায়মু মথোয় থ্বাটহুনা
করি থৌকম শাঙথোক্নি ?

নোংত্রেন — থৌরম য়াম্না পাঙথোক্নি
য়াংলেন পূরুমা অমদা
অমদো চামা লোথাকই
অমত্রেন চামা থিলোকই ।

হাংনিংলগা ভরা হ্যাং
কয়ীংলগা ভরা কন্
চাউজরিদা য়াম্মুংদো !
অসিগীসু মথক্তা
লৈমা নিংথৌ অনিগী
অকক্ননা থমগ্রবা
য়াইখোঙ, থুমখোং কুম্নগা
নোইমু পেরে কক্তুনা
য়েন্নহনা চাথোকই ।
লাইপল শোয়দা কুমহনা
লেয়ে ঙানৈক্রগা
লৈপ্যাক মপুক ফানবা
লান-চাক ঙইনা থাঙদোকই ।

পুন্সিবা— য়া— করিগী ।
ইয়াথংসু য়াওদনা
য়াইখোঙ-থুমখোং কুমহনা
নোইমু পেরে ককগ্রবা,
লাইপল শোয়দা কুমহনা
লেয়ে-ঙানৈগ্রবকো ।
অচ্চা । নোংজ্রেনখোম্বা নঙ,
নরৈ-লৈয়েং মতোন্দা
শয় পান্দে মতাগুম
পঙ্ হায় হায়রবয়হে ?

নোংজ্রেন— অসিদসু নংহীকত্রি—

পুন্সিবা— করি লৈরি হায়দোকউ ।

নোংজ্রেন— ভুজুংলবা য়াফায় ।

পুন্সিবা— চীথক্দে হায়দোকউ ।

নোংজ্রেন— 'কোয়ৌ নোংজা অহানবা -

নোংমাইজিংগী থাগিজ্রী
নোংয়াই চবুক লোনবজা
চিঙ, 'বুংঙো শবাংলা
লৈরোং লৈনা হংলবা,
ম:থান মাপল থাল্লখা
থাকল লৈনা কংজিসে
নিংথৌ থুবম শিল্লবা
নত্রগনে লৈমাবা !

পুন্সিবা— য়াহ—!
মাহু য়োনা মহাক্কা !
কনা লৈ ? ( নিংথৌশেনবা চেল্লকই )
চংলু চীংলেন কৌরুচো
( নিংথৌশেনবা চেনখি )
চুম্মী, চুম্মী নহাক্কা
নি থৌতনা কজোবা,
থাকল মথোল মাপনবু
অরাম মানা কংপদি
ইহুং শিনগে শীনবনি।
ইয়া—কয়াদমোসে !
থুংকী ঈনা লাইশাবা !

নোংজ্রেন— চেক্তা চেকশিল্লগা
তাইবংপানগী তাইবংখি
হৈগুম হৈগুঙ, নাইরকই
লৈগুম লৈচা খাইরকই
পোকমিল্লবশিংজনা
চিয়ক্লবা মতমদা
চেংনা চেংশিল্লরকই।
পাম্মী ভক্ষা য়োইহৈবু

ইচা গোকচাকরিবা -
ঐনা মুলশিজবতক
মচাগীদা' থম্লবা
য়াম্নু য়াইমা চীংলেনগী
মুংশিবিরমগত্রনে !

পুন্সিবা— নরা কানবাও হনখিদু ।
পারী মাগীদমক্তা
তানা থিনবা ওকখা
খূমন নিংথৌ ঐহাক্তি ।
নশাই রাকম্লক্লনা
নীপা থোক্লা লেপ্লুদো ।

নোংত্রন— মতমক্তি য়াম্নুংবু
রাকঙবা ওমত্রগা
ইচীম্নীবা ইরৈসে
থাওনা কূপয়ান য়ানবিয়ু ।
( চী লেন য়ৌরক্তে )

চীংলেন— ঐবু লোইবা লৈমাবা,
খূমন লৈপাক মপুরেল
চীংলেনখোম্বা ননাইনা
নোঙরিয়ে ইনিংথৌ ।
( থুরক্সী )

পুন্সিবা— শানৌশিঙোক য়াইমবা,
ফমঙ্গাংদা ফন্নো-লাও ।

চীংলেন— সনা নোংদম-থোম্নিদো
ননাই ঐবু কৌবিবা
সনা নোংদম করম্বা
তাকপিদোবা লৈবগে ।
হাওকপ চিংশাং, শেমবিবা
রঙ্গ চাইরেন করাদা

শাগী শাবাউ থোরকপা
লানগী লানবাউ পুরকপা
সনা য়াথং নম্ললপো
ঙমদাইজগে ননাইনা
তাকপীয়ুদা ইনিংথৌ !

পুন্সিবা— আ—কৈদৌদে ইশানৌ
য়ারম অমৈদমক্তি ।
থূমন লৈকোয়-পুংময়োল
শানৌ 'বুংঙো নহাকী
শায়ুং হ'লাক চল্লত্রা ?

চীংলেন— সনা য়াথং কোক্তা থোং,
থূমন লৈপাক পুম্নমক
য়ায়েল হুংলাক চৈনা-লাক
লৈঙাক কোঙ্গোই ঙক্ত-হূক
লৈঙাক্লোনগী উরোংদা
লেঙ্দনবা পুঙ্গরে ।

পুন্সিবা— হুংঙাইরেদা ইশানৌ,
পায়মা জিস্তুপ লৈতনা
অশেংবদা থুম্দো—
য়াইখোঙ্ থুমখোং কুমহুনা
নোইমু' পেরে কল্লগা
লৈপাক মীয়াম য়েম্হোকপা,
ইকোপ শোয়া পাত্তা কুম
লেমৈ ঙানৈরুরগা
লৈপাক লানচাক খাঙদোকপ,
অচুম্বা ইশানৌ !

ংলেন— অচুম্বি ইনিংথৌ !
নিংথৌগীনি চৈপাকচলে

লৈপাক্কীনি নিংথৌসে।
লৈপাক নিংথৌ অনীনা
পূকচেল মাম্নবদি
লৈপাক খুঙাও-লৈচাওই,
চাকহোঙ-ঙাংহাঙ-শেংল.হাঙিঙ।
মঙোঙ অসী থোক্লবা
শীঙ্গবনি ননাওনা।
ফংঙমদ্রবা নোইনুবু
ফংজদ্রনা লৈপাক্না
হবাও তয়া ম্লবসে
ইনিংথৌগী য়াইফনি।
চাবা মবুক থল্লবা
শেংপা মনীং থুংলবা
লৈপাকতুগী নিংথৌনা
চাউখত্তবা হৌনব্রা!
ঙসি নোংজাসিদদি
নযুম খুমন লৈপাক্তা
লমজা সারা লৈখিত্রে।
য়ুনথোঙ য়ৈনা চাক্লিবা
কনাই মশক উখিত্রে।
খুবীদগী খুনাউ কাও
লীচিং'মদা তেমচনা
হরাও—মথোই-কারিসে
চৈংলেনখোম্বা ননাওগী
নোমজমল্লি ইনিংথৌ!

শিবা— লোইনা খঙ্গলে ইয়াম্বা।
কোরৌ নোঙ্জা অহাম্বা
নোংমাইজিংম্ভ তাক্লবা

থাশি-থাবান মুমিংকী
নোংম্নাই চৰ্ক লোন্‌ৰদা
থাকুল মথোল মাপনথক
শম্নাং—লাইদা কংপদি
অচুম্বরা ইশানৌ।

চীংলেন— অচুম্বনি লৈমাবা।
পুন্সিবা— করিগীনো ইশানৌ ?
চীংলেন— য়াইফনবা নিংথোগী
পুন্সি লৈননবগী,
চিঙ্‌ মানা ফাওহনা।
পুন্সিবা— ঐঙোন্দদি তাক্কনা ?
চীংলেন— মপু সনা নাকোং ৱাই-
চিন্নহঞ্জনীংদবনা।
থৌরম থোদোক পূম্নমক
হংগ চদে ননাইনা !
পুন্সিবা— নত্তে, নিংথৌ ঐহাক্কী।
ইফম শিনগে তৌবনি।
(চীংলেন খাই লাওই)
চীংলেন— য়াম্নুং 'বুংঙো, ওম্বাকপা
সনা নোংদমখোম্নিদা।
ওঃ—! (মকোক পায়)
পুন্সিবা— মানি লীৎপা য়াররোই,
ইফম শিনগে তৌবনি।
অহুক লুবা ৱাফম্নু
ঐঙোন্দম্নু তাক্কনা
ননীং-পঙতম-তম্বদি
অহল ওইরে হায়দুনা
উশিং থোওইদ্রবন্নে ?

অচ্চা

চীংলেন — য়াম্নুং 'ম্নুংঙো লৈলাবা,
ম্নাশুয়াদা য়োম্নবা
ননাও চীংলেন খোম্নগী
লুৱেল তোংদম্ন শোইবিরো।

পুন্সিবা — য়াহ —! ম্নাহু য়াব্রহে !
নিংথৌজনা লাস্তোবা
ঈমাৎ—চবাল থোঁদোবু
অরাম নঙ্‌না লাৎপদি
থূমন লৈকোয়-পুংসিগী
তাংবল তানবা নত্রহে ?

চীংলেন — 'মুকম্ন হম্না ইনিংথৌ
সনা নোংদম্বিরেনা।
মাহুম হায়না ননাওদা
তাকপিদোগী মহূত্তা
ইখ্বাং নুংহুম থাংহনা
ভান-থোম্বনহুম
ফগনিদা ইনিংথৌ।

পুন্সিবা — ঐবু হিংচাবরহে।
মনাও হাৎপা মীতম্বান,
হায়হল্লগে হায়বরা ?

চীংলেন — কাউবিরব্রা য়োইমরেল,
লৈমা নিংথৌ মমাঙ্‌দা
থাঙ্‌লেন ময়া চীকতুনা
শম্নি নাকুংজখিবা—
"নিংথৌ শেম্বা য়াওজরোই
নিংথৌ শেনবা য়াওজনি"।
চীনম্নেম্নরা চীংলেনগী

শরি বান্মুং অকনবা
কাউমন্নমু কাউবিদা ।

পুন্সিবা— কাউদে—লোইনা নীংশিংলি ।
লৈপাক নিংথৌ অনীগী
থৌরম ঙমদাইনবদা
চোকথরবা ইনাওনি,
মতম থরা পোখাথো ।
নিংথৌশেনবা কনা লৈ ?

(অমা চেল্লকই)

চৎলু—
ভান যৈফমদা চৎতুনা
পূংখোল খোল্লা লাউথে কলু
"ঙসি নোংজাসিদগী
শানৌ নোংজ্রেনখোম্বনা
থৃমন লৈপাক পুম্বগী
থৌরম পুম্বা পুরনি ।
মহাক—মকী ময়াথং
ঐগীমক্সি থন্দুনা
ইন্দোবনি হায়র‌তুনা" ।

নিংথৌশেনবা— ইনিংথৌ ।

(থুরুম্লগা চৎখি)

চৈংলেন— মতীক চাবা—ইনাওনি ।
শুংঙাইজরে ইনিংথৌ
নীংজবম্ থুংজরে ।
মীগী থৌনা ইথৌশা
থৌবাংতুনা য়োন্নবা
থৌনাইদবা ননাইগী
থৌদাং চৈথাক ভাবিরো ।

পুন্সিবা — পায়মা নাইমু থাংদনা
নরানয়ায়দা হনখরো !

চীংলেন — হা হা হা হা হা ।
পায়মা নাইমু থাংবকো ।
পোকপদগী অরানবা
চৎলবক্ত্রবা চীংলেম্না
পায়মা নাইমু থাংবকো ।
থাঙবদস্থ রারবা
পুবদস্থ লুম্নবা
নোংদম খোম্নি ওম্হোকপা ।
য়াইবি মাঙ্বদগীস্থ
হেম্না চাক্না থোকখরে ।
খঙবিয়ুদা য়োইমরেল,
চীংশাং খোন্বা চীংলেন্দি
পায়মা নাশি থাংহুনা
পুক্লিং থপ্চা—নজদে ।
লমদিঙ্ য়ৈরা পুকচেম্না
ইপা শকপা 'য়াম্ববু
ঈরাংফম্নি খঙ্জনা
থৌপ্লকা ননাওনি ।
কংলা মেনগী কম্বালথক
রায়েল চৈবু চেৎনা পায়
কম্বাল্লাংনিংলখদি
থূমন পূংদি ৰক্সিখো
লোইবি চীংলোন মাপল্লা
চীংশাং পন্নেন খাম্বিকা
কোলোয় ঙুংশি নৈমম্লোন,

পোইরৈ লমদম অসিনা
নাকপাকয়ানা লেপ্ল'গু
খিংবা ঙম্‌রোইদোবা
চীংশাং খোনবা চীংলেম্নি।
খঙ্‌বিয়ুদ্‌ৌ লৈমাবা,
ঈথক ইপোম চাউনা-কা
ঈরাও খোল্লোইনরবী
ঈশা মাপন ঈপাক্লা
কল্লা ইহৌরক্কনা,
থুমগৎপস্থু ঙমদ্রবা,
মালং নোংলৈ মাপনগী
থক-খা তুবা শাফনা
ঙমদোকপস্থু ঙমদ্রবা
চীংলেন ঐগী শারিনি,
চীংলেন ঐগী পূকচেল্নি।
হা হা হা হা হা।
নোংয়াই চীংলেন খোম্বা-ও,
পায়মা মুংদা হে'রৎপা
পোকম্নিন্নবা 'য়াম্ববু
পন্থৌমক্নি খন্দুনা
হুঞ্চক ঙাচক শাক্নবা
তাংঙ্গ লৈখা খোল্লে-হা!
হা হা হা হা হা।
( চৎখি—নোংত্রেন খোম্বা ফাক-ফাক
নোক্কনা লৈহৌই )

# অশুবা উৎপা

মফম—চীংলেনখোম্বগী থারায় থোঙ্গাল তাবা লম্বেল ।
মতম – ইমুংগী অহানবা য়ূথক ।
( তানয়ৈবা অমা পুং ত্রঙ্-ত্রঙ্ খীন্দুনা পাউজেল্লকই )

## পাউজেলখোল

তাদে-লাক্তে হায়ফদে
তাদে-ফদে তাহৌরো !
"ঙসি নোংজাসিদগী
শানৌ শিখোঙ অতোনবা
নোংঙ্লাই নোংত্রেন খোম্বনা
থূমন লৈপাক পূম্বগী
থৌরম পূম্বা পুরানে ।
মহাকম্বকী ময়াথং
ঐগীমক্কি থন্দুনা
ইন্দোবনি লৈপাক্কা ।"
অসি হায়না ময়াথং
তাউথবিরে নিংথৌনা
তাও—তাও—তাও !
লৈপাক পূংগা তাও !
( পূংখোল থোকই—অপাম্বী চেনখোরকই )

অপাম্বী— করিগীনো তানয়ৈবা,
ঐগী থরায় থোঙ্গান্দা
পুংগী পুংখোল থোক্লিবা ?

তানয়ৈব— লৈমা কমথঙ্ লুচিংবী
মনাও 'বেমা তাবিসি
"ঙসি নোংজাসিদগী

তাউথবিন্থে নিংথৌনা ।"
তাদবস্থু তাহৌরো
খঙদবস্থু খঙহৌরো ।
( পুং থিন্দুনা চংখি )

অপাম্বী— ( মিপাইনা ) পান্না হেঙ্গু তেলহৈবো ।
( কৌই—হেঙ্গু চেন্নকই )

হেঙ্গু— পলেম ।

অপাম্বী— পুংগী পুংখোল খোক্তুনা
পাউজেল'লিসে তাবরা ?

হেঙ্গু— তাবে পলেম অপোকপী

অপাম্বী— য়াঙনা খোঙদোয় হুন্দুনা
চংলু সনা কোম্বুংদা
নঙবু পোকপা পম্থৌগী
মা-ব খোঙ্গুন লীরুচো ।

হেঙ্গু— অপোকপী
( চংকে তৌবদা চীংলেন্না মৈরাবগা )
খোইবগা লাকমিন্নবা উয়ে )

চীংলেন— চহি-চৈথা য়াম্লবা
থৃমন নিংথৌ পুন্সিবা,
খোম্লাং মনম কোক্তিবা
রাঙ্গোল নিংথৌ তম্ফাবু
তযুম নখোয় অনীদা
শিন্নকরম্নবনি ।
অক-ফত্ত পুম্নমক
নখোয়'নীনা য়েংহৌরো ।
চংলো চংলো হুলহৌরো ।

খোইবা— য়াইবি মঙ্গা থারকাও
হীক্তোকচরোই নঙ্গাথুং ।

মৈরাবা— কৈন্থ চিংনবিগম্থ
ননাই ঐখোয় লৈজরি ।
( অনীমক খুন্নম্নগা হনখি )
হেম্ভ— পম্মৌ, পুংখোল তাজরে,
পাউজেল পাউরোল খঙ্জরে ।
অরেম্নদি খঙ্জত্রি
চিঙ্গোয় পাওমেনবিয়ুদা ।
চীংলেন— পারী হেম্ভ, তেলহৈবা,
মুংঙাইরবা পাউনিহে
নহানমখৈ ইপানা
লুরেল কৈজা থোংহুনা
লোইবি চীংগুম লমবা
লৈঙাক থৌদাঙ পুরম্বা
নতোন নোংত্রেন খোম্বনা
পোৎলেন কোকথোংনখরে ।
ইচীন-ইনাও য়ামজবা
কয়া লাইবক কথ্রবা
অপাম্বী— য়াথং য়াবা লোইয়িম্না
য়াথং থাবা ওইথ্রগা
লাইবক ফবা শকপরা?
লেংশিল্লসি শঙ্গায়দা।
চীংলেন— চুম্মী, 'ম্ভবু অপাম্বী,
নীংবা থুংমুক মুংঙাইবা
য়াইকশিঙ্দা চনববু
অতৈ কবি লৈরিবা ।
ঐগী পুন্সি অসিগী
অহানবগী ভাংকক্তি
ভাইকংম্নীগী ঈভম্না

মালেম মচু শঙ্‌হুনা
শা-লাক্সদা হৌখরে ।
অনীশুবা তাংকক্সা
লৈশেম কাঙ্‌লোন খিহুনা
পোক্লাই শিনাইদবগী
চেংলৌ শকুওঙ্‌ খঙ্‌নীংঙি ।
অহুমশুবা তাংকক্সা
উমং-রামং চঙ্‌হুনা
মাগী মিংথৈ শোল্লগা
খমুম মাবু কংনীংঙি ।
ঐগী মতম ফংজরে
নীংবা মহৈ য়াম্বা
ইরানয়ায়দা চঙ্‌লরোই ।

অপাম্বী — ওয়োকপগী পাওমেস্সি,
ননাই ওইবী ঐহাকপু
করি ওইরো হায়রগে !
( চীংথৈগী মখোঙ্‌ কোনখরে )

হেঙ্‌ — ইপা 'বুংঙো অপোকপা,
করি পাওমেন কৌবগে ।
( মপাগী মখোঙ্‌দা তুথগ্রে শঙ্গায় শেনবা অমা তফিং তকিং চেল্লকই )

শঙ্গায় শেনবা — চীংশাং খোনবা ইবুঙো,
খুরুমজরি ননাইনা ।
( খুরুম্মী )

চীংলেন — য়াম্বা করি হায়নীংঙি ?

শঙ্গায় শেনবা — শানৌ শিখোঙ য়াইমবা,
নয়ুম থুমন লৈপাক্সা
অমুক খোঙদাবিরম্মু ।

পুংজা 'মঙ্গী মমুংদা
খোঙ্‌দম্বিখ্রো হায়রুনা
ননাঙ 'বুংঙো নোংদ্রেম্মা
সনা নোংদম্বিরকই।

হেঞ্জু— কনাই মতিক লৈবগে
হেঞ্জু নহা লৈরিবিঙে
মাবু পোকপা পম্বৌবু
খুমনদগী তান্দৌবা ?
শঙ্গায় শেনবা খোঙ্‌দমখ্রো
ইত্তোন নোং'ম্রন খোম্বদা
চিঙৈ ইপাউ তম্মুচো
হয়েন ব্রেন্দম্মদনা
মাগী ঐগী হক্তুগী
শিম্বরকপা ঈখেংনা
মালেম মচু শঙ্‌দ্রিঙৈ
মচা হেঞ্জুনহানা
মপা চীংলেনখোম্ববু
খুমন্দগী থাখিরোই।

চীংলেন— হেঞ্জু !

হেঞ্জু— ইপা 'বুংঙো অপোকপা,
মাইর শাজেল তৌজরে
হুইয়েল লান্‌বা খিজগে।
ম্‌রুবগী লানকমদা
পম্বো-পম্বেং—পনম্মাদা
পম্লিং-পনমাং ফাওহনা
খৌশাজগে অমুক্তা
সনা মীংয়েং তাবিয়ু।
লৌরুংভগী লাঞ্জনা

খুমন কম্বাল কঙ্গগে
নোংদম্বিয়ু অশোকপা।

চীংলেন— শাম্বী হেঙ্গু নিংথৌবা,
পথৌ ইম্না পম্থৌগী
নঙ্‌নি পোমায় লৈদোবা।

হেঙ্গু— অঙ্গুবুনে অপোকপা—

চীংলেন— হেঙ্গু! (হেঙ্গু তুমিন লৈখি)
য়াম্বা খোঙ্‌দোয় হুনখরো,
সনা য়াথং ঙাকপদা
চীংনত্রবা চীংলেম্না
চীংলোন মাপন লানবগী
কায়্ন যাথং নিক্রুকই,
মবানয়ায়দা চঙ্‌দনা
খুমন লৈপাক থাহৌরে।
বারম অসি হায়হনা
ননিংথৌদা হংগৎলু।

শঙ্গায় শেনবা— য়াম্না ফনি ইবুংঙো। (চৎখি)

চীংলেন— পাম্বী নঙ্‌বু ঙাবরা?
ননিংথৌগী য়াথংইন,
নবৈবাকী থৌদাংঙাক
নমা নচা লৈহৌরো।

অপাম্বী— কবি নোংদম খোম্নিগে—
লাইবক চাউবী ননাইনা
সনা খুয়া থম্বানবু।
থাদোকচবা ঙমজরোই
ইমা ইচা অনীমু
সনা থৌগল কংজগে।
(খথোঙ্‌ কোন্দুনা চুপ্রে)

চীংলেন— কান্নবরোই অপাম্বী,
লাজোনহৌরো মপাম্বী।
হেজ্জ্ব— ইপা 'বুংঙো অপোকপা,
উজরগা ইঙ্জবা
কোজ্জরগা পেজ্জবা
পম্বো থুয়া থম্বানবু
লাইবকথীবা নচানা
থাদোকচবা ওমজরোই।
চীংলেন— হু-হু! পাম্বী হেজ্জ্ব নহাকসে,
ওম্বোক্সু পঙ্লিদা!
ঐদি পোকচবতনি
নঙ্গী য়াইবি, হুকচাংদি
পোক্-লমদম নরৈবাক
ননিংথৌগীদমক্তি।
নরৈবাক্কী ননিংথৌ,
পোক্ লমগীদমক্তা
অরাম ঐনা পোকপনি,
অসী খঙ্ব্রা নহাকপো।
কপ্লগন্নু লৈহৌরো
নরৈবাকীদমক্তা
'কনবা থৌদাং পুহৌরো।
(থরা চথোকই)
হেজ্জ্ব— ইপা 'বুংঙো অপোকপা!
(হোচ্ছিন্দুনা মথোঙ্ কোল্লি
চীংলেন— ঐনি থাদোকউনেহে।
নরৈবাকী য়েংথিবা
ননিংথৌগী য়েক্লবা,
অনীসিগী য়েক্লবা

নত্রা মঙ্গী য়েক্লবা।
করিম্নো নহাক্লা
য়েক্লবা ঐহাকী
ইখোঙ্ খূয়া কোন্দুনা
কপ্লিববো ওম্বোইনা !
ইকায়ত্রবা নহাকপো,
নীপা মচা নত্রবা !
পাম্বা কৈরেল চাগোক্তা
ছুইয়েল তোকপা পোক্তুনা
কৈরেল মাগী ময়াঙ্গীবু
চমহল্লগে হায়ত্রহে।
কাম্নরোইকো অপাম্বী,
ছুইয়েল তোকপা মচাসে
নোংশা শারেপ ফংনবা
লোইবি লোকচন অখূবা
অচপ্-লোক্তা ফ্লহল্লু।

( থরা চথোক্লকই—মনাই থরগা নোংত্রেন লাকই )

নোংত্রেন— য়াম্নুং য়াইমা, হৌজিকফাও,
সনা খোঙ্লেংবিরমত্রি ?

চীংলেন— খূমন নোংয়াই নিংথৌগী
মহুৎশিনবা ইনাওরা ?

নোংত্রেন— মানি, য়াম্নুং ঐহাক্সি
মহুৎশিন্না নিংথৌগী
পাউকাজরিবসিনি
কুইথরদি ফলয়োই।
খূমন নিংথৌ খোনবগী
অশাউবগী নৈরীদা

ঙ্গায়া মৈরাল ওইরলি।

হেঞ্জু— কনাই মতীক মৈবগে
হেঞ্জু তেনগু হৈবগী
পাম্বোম পাঙ্গল পাঙ্‌লিদৈ
হক্লেন মিরেল পুল্লিদৈ
ঙ্গাবু পোকপা পম্বোবু
থুমন্দগী তান্দোবা ?
লাঙেঙানবদি হায়রকনু
মমি ঙ্গাওবা তমভ্রিনা !
চোংথোরকউ কনানো
অহানবগী তেনকাপ্পা
লুরেল তোংদম শোইদোকে।

নোংদ্রেন— হেঞ্জু নহা তেলহৈবা,
নৌবা নকস্থীহনা
নরীল ফোয়দচ্চগনু
মফ্‌দেক্তা মহাদা
মাজহনা তোকনি।
নশাই নতীক য়েংহনা
নঙম হাপ্‌পু মত্র'দি
খোমাওনবা খোয়বোইকো।

হেঞ্জু— ইতোন খোম্বা কাঙ্গরোই—
চংনলোন্দা চন্দ্রবা
চংনত্রবা চোইরোম্বা
চীম্বাম্বোংবু চামহনা।
চোইত্রি চোইখংনরবা
চরাঙ্‌মবা কনাবু
চনীং ইঙ্‌বা কনাগী
চম্নকমদা চল্‌বগে ?

চরী-চমন্ কাওক্লনা
চোইথ্রেংনবা তেকচাক্তা
চাকমল চোইথোক্লগনু
চারামনা চীন্দম্বা
অতাঙ্-চাকী চাকমল্লি
চোংথোক্লকই চায়নসি
চাকমন চম্লথোকসিদা।

খংগ্রেন— অচ্চা। মতোয়নবাহে।
ঙরাংতগী নোবানা
মাহ্ য়োনা হায়রবা!

( মনাইদগী তা লৌই-হেঞ্জুনু তেন-দোঙদগী তেন শংলি—চীংলেন মথাখদা লেপ্তুনা ) ( খাশ্মী )

চীংলেন— হেঞ্জু, মতোয়নবাহ্ন!
শানৌ শিঙ্খোক্ত অতোনবা
খোয়শাঙনব্রা ইনাংবো।
শাউরুন্নুদা নচাসে
ইনথংলকপৈ পাঙন্দা
তোংখিবনা মহৈনা
নে.রা মানা ঊাশংপা
তাইবং কনা লৈখি.ত্র।
অসিগীনু মথক্তা
থূমন লৈশাক পূম্বনা
পানবা ঙমগ্ন' উকাম্বু
মৌরা মতীক মঙনা
অহানবগী তেনকাঙ্গা
পাঙ্খম্মদা পান্দুনা
কোংলোয় মমিং চংখিবা

হেঙ্গুনহা তেলহৈবা
হায়নবদো মহাক্কি ।

নোংজ্রেন— য়াম্বুং য়াইমা কাম্নরোই,
নচাই মতীক থারগা
নাচুংগত্রা নোংজ্রেম্না ।
'তৈমসিজা অপাম্বী,
হেঙ্গুনহা পুত্না
চিঠৈ খোঙ.দোয় হুনবিগ্রো ।
নত্রবদি মীৎকুপ্তা
হকী ঈনা শাগৈগী
থৃমন লাকপা নোংজ্রেনগী
তাদোন মচু শঙ.লনি ।

চীংলেন— হ-হ-হ । শাগৈগী ঈ পাম্নবা ।
ইয়াম্বদি পামদেকো ।
পাম্নবদি শানৌতোন
শাগৈগীদি থমখোদা
পুংজা'মগী মন্নুংদা
থৃমন লৈপাক পুম্নমক
তুম্না শোয়বা ঙমগনি ।
খোম্বা নঙ.দি কাউরব্রা
নগুংলাংগীদমক্তা
রাংলেন পুংখায় অমদা
ঈনা লুরাং মোইরাংগী
লোক্তাক মচু শঙ.খিবা ।
হুন-হুম হুম হুম ! কায়দে—
খোম্বা, চৎলে ইত্তাম্বা !

( মমায় লৈথোক্লে—অমুক
ওনশিল্লকুমা )

'হুবু, 'য়াম্বে শানৌভোন,
ইপা শকপা ইয়াম্বা
চহী-চৈথা য়াম্বনা
উনগোই হিরী শোইরোম্না
মঙ্গে নীক্লা থাঙ্‌লবা
থূমন নিংথৌ পুন্সিবা,
কুমওল-কুমথা নৌরিবা
তাইবং লোনচৎ শুপ্রবা
পারী রাংঙ্গোল নিংথৌবু
পুন্সি খোয়রেল য়োদনা
থাঙ্‌থক্কা কেমহ্না
খোম্বা মাঙ্‌হনগনুদো।

(হেজু, অপাখ্বী পুতনা চীংলেন খোঙদোয় হুনখি—নোংদ্রেম্বা ইছন পীড়না মনাইশিংনা লোম্না মখোযগী মতুং ইলহনখি)

নোংদ্রেন — হা হা হা হা হা !

(ফাক ফাক নোক্কনা মতুং ইনখি)

---

# ৪ শুবা উৎপা

নোংথ্রেনখোম্বগী মরানয়ায় ।

মফম রাতান্নফম কা

মতম - কাংবেল শল-গুক মতম ।

(ওকবীগা লুরাওবগা তুংথ-মাঙ্থ লাকই )

তরুবী— মথা হায়থো লুরাওবা !

লুরাওবা— কোরৌনদি রাংলিডে
মালেমস্তু মমত্রিডে
অরাং নোংচুপ হাবদৈ
নপান লুরাঙ্ লাম্মীশিং—
কিজেং চম্বা শেংতুনা
চোম্লক চোম্লক লাকনি ।
মখোয়ত্তুনা খুললক্লা
মমশিল্লকপা মতমদা
চাইথোক্তুনা লৈগনি ।
অত্তুদগী ইবেম্মা,
ভোনবা নারল চনবদা
লোক্লাক খোঙ্লুং পালকপা
লাম্মী ভিবোং তরানা
তূম্ন-হীপ্প-মতমদা
উচিরাদা থুংলনি ।

তরুবী— খূল্লক্লগী শিংত্তুনা
কার পাংথোক্লোরিবা ?

লুরাওবী— মমদৌ হুক্ফ্ মরীগী
থরায় খোঙ্গাল খোঙ্গান্দা
লোম্না থুম্না লৈগনি ।

য়াইবুং পুংখোল তাবদা
অওম অখৌ পুন্নমক
লোইনা চেম্বোক্লকনি ।
মাগী মাগী খোঙ্গান্দা
অতুম লোইশিল্লগনি ।

তকবী— উচিরাশীশিংহুনা—

লুরাওবা — মখোয়হুনা ইবেম্মা,
পুংখোল তাবমক্তদা
লোইনা ফু ক্তিল্লক্তুনা
খুমন কোপ্পুং কোয়রনি ।

তকবী — য়াম্না ফরে লুরাওবা ।
থাংজ পুজ য়ানবা
ঐস্তু শরৌ শিন্‌খরে—
মালেম্না হেক মস্বদা
শঙ্‌লিংবা মী থাহুনা
ঈরাৎনবা মীফানি
নরান-নরানয়ায়দগী
লৈপাক কনা অমতা
চোইখোককদে হায়হুনা
কম্না পাউজেনখিবনা
চোইখোক্লকপা তৌররোই ।

লুরাওবা— লাইমা শিংই ইবেম্মা,
পশিংদদি খোকপিম্নু ।

তকবী — খোক্লোংডাই' 'রম অমনি
য়াম্না লুনা লৈখরে—
মশেল 'বুংডো নোংখোম্বা
হুয়েং খেন্দাডেদগী

ইকোপ খোঙ্‌বান পাংহনা
য়'রৌ তানবা চত্তৌরি।
মাবু নাম্বোকহৌর'দি
অরেম্বনি পুন্নমক।

লুরাওবা— নোংখোম্ববু লোইশিনবা
ঐপী ওমদাই ওইজরে।

তরুণী— করম তৌনা লুরাওবা ?

লুরাওব— তনবা মীকোক তরাগা
তাল্লমজগে ননাই ঐ,
তাল্লা য়েংনা তানোংকে।

তরুণী— নীপা খোকই নহাকসে।
নাম্বোকহনবা য়াদেকো।

লুরাওবা— ননাই হোৎনজগেদা।
অসোমগীনা কমদোবা ?

তরুণী— নিংথৌ পুন্সি থৈখিবা
লোংজা মরী চন্‌খরে।
হয়েং খাঙবা কোরোনা
শঙ্গায় চঙবা হুমিংনি।
মতমসিগী মতু দা
থবক পুম্বা থোক্লবা
শিল্লিবনি লুরাওবা।

লুরাওবা— য়াম্না করে ইবেম্মা।

তরুণী— কৈস্থু চিংনরুগম্থু—
ইথুৎচানা শেল্লবা
নহারোলগী লাম্নীনা
থুমন কোম্থং পুহাল্লি
পুন্সি থৈথম শাক্লরি।
মথোল্লুদা পাংথোকউ

ইমোম খোইদু শকহেনবী
ওয়গী তম্ফা সনাম্নু
তম্মুম নঙগী নকাদা—

লুরাওবা— মাহুতনি ইবেম্মা
ননাই ঐনা পামজবা

(নোকমি নোকমি তৌহনা লুরাওবা
চংখি—তরুবী রাখন খম্না খম্না
হঙ্গং-হুন্দা চংতুনা লৈ—ডাইহাক
লৈরগা নৈবাবা লাকই)

নৈবাবা— লুরাওচম্নু ইবেম্মা।

তরুবী— হায়য়ু তম্মুম অচানবা।

নৈরাবা— খুগন খুম্নক খুনখাগী
পাখঙ লোনগা পুম্নমক
লোইনা ইখুং চম্নরে।

তরুবী— কুডাইরবা পাউদম্নি।

নৈবাবা— য়াইফ-চেনবী-ইবেম্মা,
ঙসি ইম্নুং অসিমক
শেম্ন শরি-নমুংচাক—

তরুবী— লান চাক খাঙনি হায়রহুনা
ইশম শম্না হায়খুশা।

নৈবাবা— মহুমক্তি ইবেম্মা।

তরুবী— পুকৈ লনগৈ চঙহুনা
ননীং তম্না পুথখো।
মথেল লুকোয় নীংখিনা
মপুক খম্না শীজোকো।
থবকসিনা পাঙবদা
খুমন লাম্লোইহজবা

খঙলবরা ইঙাইরেম।

হু-হু-হু!

মৈরাবা— ননাই ঐদি ইবেম্মা,
ফম্লেন ককা পামজদে।
লাইবক মচা অসিদা
তম্ফা-য়াইরং-চানসিদং
নপ্নিয়ুদা ইবেম্মা।

তরুণী— মতাবিনি অহুদি
তাজরবা ময়েক্না।
অহুগনে ইদাইরেম,
লুরাওবগা চুংশিন্ন
শিল্লম শিল্লু হয়েংগী।
মীচঙ-মশেল য়ানশিন্ন
শা-শাহুনা তোক্লিকো।

মৈরাবা— ননাই লোইনা খঙজগে।

তরুণী— থৌদোক অসি পাঙলগা
ঐনা তাকপা তুংইন্না
ফৌরুংবাচীং কাহুনা
চীংলেন্তগা লোইথোকখো।
মাহুই মতুং তাবদা
শরাং লাইনা খঙগনি
চোয়নৌ সনা কোনগারম
তগুপ তরং হুম্রোকপা
পশোং তম্ফাগুম্নবী
ঐগী ইনাও হৈয়ায়রু
ন্নাইথুংহল্লি নকাদা।

মৈরাবা— ( মোমোন লোকতুনা )
তাল্লকতুনা তাঙানা
লৈংকোয়বুংগী লৈমগী
তাংবলথক্তা তারবী
লুরাং তম্ফা তরুবী
ওসি নোংজাসিদগী
পোইরৈ লৈমেন্ন কৌজয়ে ।
( অনীমক হরাও মীনোক
তম্মিরৈ খুরুমগা মৈরাবা
চৎখি নোংজ্রেন লাকই )

নোংজ্রেন— নয়ুম লুরাং লমদমগী
ওয়গী তম্ফা সনাম্ব ।
ইয়ুম খূমন লৈপাকী
অপাম্ফমগী লৈমরেন
নোংজ্রেন থাগী নোংইন-ও !

তকী— খূমন খোনবা য়াইফবা,
য়াইফরেনগী য়াইতোঙবা।

নোংজ্রেন— অচীকপদা চীংলেমা
চীক্না চীক্পক ঙাঙবী,
চীংয়া নকপী শজীক্লোই,
থংলেন থাজ উতুনা
চেংলো চীংলেমজবনা ?
চীঙোয় চীনমেন্নসিদা !

তরুবী— লোয়ুম মাঙা খোয়দাবা,
মশোঙ কাবী শজিক্না
মঙাল তাবী থবানা
ইমুং মমৈ রাইরযাও
নোংচুপ চীংদোন চোঙনা

ইচীক হুম্না ওাঙবা
থাজ মাশী নত্তব্রা ?
নোংড্রেন— কনাই মগুং লাংগীনো
নোংপোক চীংশাং লান্দুনা
অহিং নোংশোই থাজনা
নোংদোন ফৈগাক লান্দুনা
নোংচূপ চীংশাং তম্নকপা ?
তরুবী— নগুংলাংগীদমক্তি—
থংলেন থাজ মহাকী
থাবু থানা থানীংবী
থরোইনবী থবানা
থাগী থারুমজবদি ।
নোংড্রেন— থবা মানা থাবিবা
থাগী থাফম থাবুংথক
থানীংদবা মরম্না
থারৈবাকী ঈপাক্তা
থাবোম ঈপোম লাংজবী
থরোইনবী থবাবু
থাজ মানা তাম্নজৈ
ইচীক থেমবী ইন্নুংদা।
তরুবী— কোরৌ লমশাং কোয়বগী
চোকথরবা থাজবু
শক্তিকীদি শারম-শেম
থবাগীনা থারমফাং
তরাম তরাম ওকচরি ।
সোরা লৈদা তরুগী
খূমন পুম্বা থুররে ।

পোম্বা কাদা লেংলসি—
ননাই খৌসল ফংজগে ।
( অনীমক নোকমিদৈ—তক্ষবী
ইশৈ শক্রকই )

## ইশৈ

ও— —

শাথেক-ঈথক ঈপোয়াং
শিঙেঙল থম্বাল শাচ্চগে
মালং-শাফু-ঈরায়ন
থেক্র-নৌনা খাঙজগে ।
পুন্সি-শৈরেংল শৈশকী
পুংলোল-জগোয়-তানয়েবা
তাম্বা- তাল্লুমজবীনা
শাথেক জগোয় কচ্চগে ।
( লোংজ্রেনগী মাঙ্-থানা
মথুং অনীনা থোল্ল-থোল্লতুনা
শাথেক ঈপোম লাংহুনা চঙ্খি ।

---

## ৫ শুবা উৎপা

মফম—পুন্সি থৈফম।

মতম—ইন্নুংগী অহানবা সুথক।

( থৌগল-লাঙ্গল য়াওদনা পুন্সিবা নিংথৌ কমত্তুনা লৈ। পাঙ্গম্না শোঙ্খিল্লকপগা রাথম্না লাকশিনখিবগা হেদৌ নাহে তাল্লকই। থোইন্নু লাকই )

থোইন্নু— ইপা 'বুংঙো অপোকপা।

পুন্সিবা— ( নাহে নাহেনা ) ইপাই ইমোম চরৈহল!

থোইন্নু— সনা পুক্লীং শোম্থাংনা
হেদৌ নাহে তানববু
পস্থৌ কৈদৌরববগে ?

পুন্সিবা— ইপাই লাংলেন ইবেম্মা,
নহু নিংথৌ তম্ফাগী
ফুংগী হিরী কোনবদা
লাইমন চল্লে ইপাদি।

থোইন্নু— হিরী হিনাই শাবনা
লাকহৎলবা হকচাংদি
পুন্সি ময়েং লায়না তাই।
নোংদম্বগী নোংদম্বু
খেংপিনবা কনা লৈ ?
ইহু নিংথৌ তম্ফাসু
মানা তম্বা লৈরম্মি
বাবিরক্সু অপোকপা।

পুন্সিবা— ইপাই থোইন্নু ইমোম্ম,
চিঙ্ মানা ফাওবিবা
খয়ুম মপাউ তুংইম্মা
ঐনা পুন্সি থৈরকপা

নোংজা মঙা চল্লক্লে ।
ইমুংসিদী নোংয়াইদা
নম্রা খোয়ুম মহাক্লা
তিনকোকপিনি তাকপীবা
লাইকোকপিনি ফাওখিবা ?

থোইমু— মানি ইপা ইবুংঙো ।

পুন্সিবা— অছু ওইহিক্লবদি
কারগীনো ইবেম্মা ।
মীৎমা মীচ্চি খপচিঙন
শয়েং পাম্বোম তোয়ন-চোং
য়াইফ লৈত' খুদম্মা
তোয়ররিবা অসিদে ?

থোইমু— মহী ময়ায় চমহুনা
য়াইফ শীংদা চম্লবা
হয়েং ইমুং ঙানবদা
শরাং শরেল চনগনি ।
ঈকোপ পাম্ভা কুমহুনা
হৌজিকমক্তা নমোম্মা
ঙারম তবেৎ ফাকরে ।
ইমান নোংথোন অঙম্বা,
ঈকোপ খোংবান পাংহুনা
শাবম তরেৎ তানখরি ।

পুন্সিবা— ইয়াম্বগী চৌংলেন-ও,
শানৌ নঙনা লৈরিঙৈ
য়েক্লা-কল্লক কনানা
মথি ফোংবা ঙম্নদে ।
নহাক লৈতঙৈদবী
ইয়ুম খুম্নন লৈবাকসে
তীম্লা চীকপা লৈরাংঙন

মখোক লোয়না কেন্দৌরে ।
চহি কুমজা ফারক্লে ।
শানৌ নঙ্গী চেংলৌবু ।
ইয়াম্বনা উদবা ।
কদায়দনো নহাবপো।
( হৌগংকে তৌই )

থোইমু— তপথবিখো অপোকপা
( খাম্বী )

পুন্সিবা— কদায়, কৈদা চৎখরে !
অচুম্বগী য়ুম্ফমদা
অরেপ্পনা কাইরংওই
অওইবনা ফিবম লাক
কল্লক য়েংথি লৈতনা
হয়াও মুংঙাই পায়রবা
শানৌ মঙনা শারম্বা
সনাই শঙ্গায় অত্তুদে !
শঙ্গায়দুগী মরুম-থুপ
থূমন লৈকোয়-পুংসিনা
অচৌ পিশক নাইদনা
লৈত-লাইর খায়দনা
হয়াও তয়াম পাল্লম্বা
চীংলেন মাগী শঙ্গায়দো
মাঙখ্রে, মূৎখ্রে, তাকথরে
মিহৌ চাউবা নোংজেনগী
কল্লক মৈরি লাংবনা
শৌদোক্লুনা চেম্বখ্রে—
তিনখ্রে ঈকোপ ঈপাক্তা ।
* য়েংউ-য়েংউ-য়েংউসে —

মায়ৈক মন্নী শীস্থুংমা
ন্নিহৌ চাউবৈ মৈন্নীনা
শঙ্গাইশেন্না পাইবগুম
ঙোঙ্-ঙোঙ্ খোংনা পাইরক্লে ।
কল্লক ঙ্গেংখিনবগী
থাক্লা নোকপা মীনোক্লা
কোন্নৌ মোংদোন মথক্তা
অথাক অন্নাউ ভংবগুম
নাকোং কান্ননা ভংলরে ।
কনায় ! কৈদা লৈথরে,
পান্নী তম্ফা য়োইহৈবা !
পান্নী মাবু চেংনকোন
কল্লক ঙ্গেংথি লৈতবা
লমদমহুদা চংগ্রগে ।

( চংকে তৌই )

খোইনু— তপথবিখো অপোকপা
নযুম থূমন কৈদৌজ্রি ।

( খামজৈ )

পুন্সিবা— ইয়ুম থূমন কৈদৌজ্রি !
হু-হু-হু ! ইমোম খোইনু সনান্নু !
লৈত্রবনিনেহে লৈত্রবা—
'মগা 'মগা চান্নবা
'মনা 'মবু থাজবা
লৈত্রবনিনহে লৈত্রবা
হূরাল চীন্থী য়ান্নক্লে;
মীহাং মীপুন তোয়রক্লে,
নত্তু ওইদ ভাও্‌বগী
হালেংনবা লৈরকত্রে !
মীন্নু তুহৎনন্নগা

পাঙ্গনবনি শীংথানরে ।
ইমোম নঙ্ বু য়েংউনে,
থূমন থারি লমজাওদা
চফম হাপ্না লিশিংনা
পুক্কো মথূৎ থমহনা
ভোপ্তোপ তুনা শিরি'সে ।
চীংলেন লৈতভৈদগী
মথক মখা ওল্লবা
থূমননিনে ইবেম্মা
অচারমদা পান্নবা
অঙম্বগী শেনগাউনা
মবুক্কবু থল্ল'দি
অচুম-চুমদা নাইথিজ্রে ।
হাত্তোবনা কাহোক্লে
কন্দোবনা হাত্তোক্লে
খঙ্ না উনা মসিবু
লৈতবনা পাঙ্গন্দি
ইখা চীক্লা খাঙ্ হিক্লে ।

( থোইবা চঙলকই )

থোইবী— অদোন নিংথৌ মপুরেল,
ননাই লমজ্ঞা মচানা
কোংয়াল মানা তাবগুম
লৈদ পক্লা নোঙ্গরি ।

( খুরম্মী )

পুন্সিবা— ইয়া !—কদায়নোসে—
মীরান নঙদি হায়রক্সু
ইযোমদগী হেন্দুনা
লৈমা ফাওবা চঙ্ ত্রবা

মকথুসিদা লোংলবা
লমজা নঙ্‌না কনম্বা ?

থোইবা — চঙ্‌হৈদবা চঙ্‌বগী
ইতীক চাবা চৈরাক্ত
ননাই লমজা মচানা
কিগাও শানা য়াকরি ।
খঙ্‌না খঙ্‌না ইনিংথৌ,
হেনকত্রবা থৌরম্বা
থৌইনশিনবু ওইহনা
চঙ্‌জরকপা ননাইনি ।

পুন্সিবা — হায়রু করি থৌওংদা
থৌদাংহনা নহাক্না —

থোইবা — সনা নাকোং ওইবিসি —
লোক্তাক থোংহুং পাংলকপা
থৃভা থুংগায় পায়রবা
লাম্মী হিবোং তরানা
লোম্না কাখৎলকুনা
সনা কোংহুং তম্লক্লে ।

পুন্সিবা — করি থোইবা কৈদৌবা !
য়েক্লবগী লাম্মীনা
সনা কোম্লুং কোইথ্রবা ।
ঐগী ইনাও নোংত্রেনম্দ্রি ?

থোইবা — ননাও 'বুংঙো নোংর্ত্রেন্দ্রি
শারম লারম শীনহৌরি ।

পুন্সিবা — করি ! নোংত্রেন থোম্বনা
শারম লারম শীনথ্রবা ।
থুমন কোম্লুং পুরিবা
অকন অথৌ পুরদি ?

থোইবা— ননাও 'বুংঙো নোংড্রেম্না
লোইনা পুংখোপ খোপচিনগ্রে
পুন্সিবা— লৈপাক কনা লৈত্রবা ?
থোইবা— নযুম খুমন লৈপাকসে
উলবাইদৌনা চীকপরে।
পাওজেল কনমনখিবনা
লৈপাক কনা 'মত্তম্
চেক-মুক লাউনখিদরে।
পুন্সিবা— করি পাওজেল চেন্দুনা ?
থোইবা— "শঙ্‌লিংবা মী থাম্বুনা
নিংথৌগী উশিল্ শিন্নবা
নমূ তাইবং ফাদৌরি।
ঙসি ইন্নুং নোংশোইবা
লৈপাক কনা অমতা
মরান মরান য়াইদগী
লেংথোকফদে হায়ম্বুনা।
শোয়বা থোকহিল্লবদি
মরাম্নংনি মীতুগী।"
অসি হায়না লাওথোকখি।
ঐবু লোয়বা লৈমাবা
খূমন খুল্লক লৈরকসে
শঙ্‌লিংবমী শারবা
খুৎলায় পাম্নবা লান্মীনা
থোয়রেল পাই'ত্থু ঙাইহৌরে।
পুন্সিবা— করি থোইবা, কৈদৌবা !
শানৌ নোংড্রেন খোঙ্গনা
ঐগী য়াইক ওইনবা
ঐগী উশিন শিন্নবা
নমু তাইবং খিবকো !

হুম-হুম-হুম- !

(নোকই মগুক হায়দুনা লৈ)

চৎলু খোইবা চিঙৈনা,
য়ারো তানবা চৎখিবা
নোংখোল হুল্লক্লমনি।
মাবু 'সিদা পুরকউ।

খোইবা— ইনিংখো। (চৎখি)

পুন্সিবা— ইপায় খোইদু সনাম্নু,
ইপা শঙ্গায় চঙ্‌রগে
শয়ো লাওনে ইপাবু।
ইপাবু তুক থিল্লো লাও।

(ফুক হৌগৎলি)

(চরৈ চোম্না ইন্দুনা ফিমুংদা য়োৎহ্লিং পাম্রদুনা নোংদ্রেন্না মাং থাদুনা মী খরা চঙ্‌লকই)

নোংদ্রেন- য়াম্নুং 'বুঙো য়োইমরেল!
ইমুং ইচীক হুল্ল-ফাও
শ।থ য়াতাবিদ্রিবোই!

পুন্সিবা— নোংদ্রেন খোম্বা নত্তরা?

নোংদ্রেন— য়াম্বং 'বুংঙো ননাওনি

(মনাইশিংদা)

চংলকউলাও তমুমশা!

(মরি মরি চংলকই)

[ইঙক ঙক্না] নখোয় কনা কনানো।
কবিনীনো নখোয়না—

নোংদ্রেন— ননাই ঐগী খোংলে'য়নি।

নবা— নঙগী খোংলোয়! করম্না।
কাদা কবিগী?

নোংথ্রেন — সনা খোঁগল তৌবদা
ঐগী ইতেং পাংনবা !

পুন্সিবা— শানৌ নতৌ উবদা
চিংনবনা মাঙওইনৈ।
শানৌ শিঙ্খোঙ অতোনবা
ইয়াম্বদা হায়য়ু-তুক —

[ তরুবী লুজাওবগা ফিংনা চেল্লকই ]

তরুবী— মনাও 'বুংঙো য়োইহেনবা',
খোঙ্ফম খুরৌ চেল্লরোই,
তাঙ্গা চারে য়ারনি।

পুন্সিবা— ইনুংঙানবী নত্তরা ?

তরুবী— তাঙ্গা ওইরে হায়বনি !

[ নোংথ্রেন হৈনিংঙ্গে ]

তরুবী— ইহে ! হঙ্গচ্চবা ত'বিদ্রে
মতম ওইরে হায়বনি।

[ মতোমতা থ্রোং-থ্রোং খোংলি ]

পুন্সিবা— মতম ! করিগী মতম !
হায়য়ু, হায়য়ু শানৌতোন,

তরুবী — ঐগী য়াল্লা তাবিদ্রে !
নোংথোল য়াইবি মাঙখরে
মতম চারে হায়বনি।

[ নোংথ্রেন তৌকম খায়দে ]

পুন্সিবা— [ ইঙক তল্লা ] কৈদৌবা !
নোংথোল য়াইবি মাংথ্রবা
করি হায়রম্না ! করম্না !

তরুণী— ইহে—( নোংত্রেনবু চিংখংলি )
হেলোয় ওক্তরবরা ।

[ তরুণীনা ইহুল পী ময়াম্মা নিংথৌবু কোয়শিল্লি ]

পুন্সিবা— করিগীনো ? করিগীনো ।
( হৌগংলি )
ঐবু লাঙ্গোই চল্লিবা
ঐবু ফাদৌরিবরা !
চায়থোকচহৌ, কেমজনি
মীওইপোক্কী থোইরবা
নিংথৌত্তী ওইরবা
মতীক মঙাল মৈরক্তা
উংপুং ওইনা তাজনি ।

তরুণী— সেনে—কৈদৌরবগে !
শরী নামুং কাউরব্রা ?
কোরৌ নোঙ্গা-নপ্রবা
পান্নী পুরী পুম্নমক
লৈখা তাহল্লগেরা ?
( নোংত্রেনবু ইল্লি—নোংত্রেন মফি লৌথোক্লে— য়োংহিলং উত্তুনা ফাক-ফাক নোক্লকই । য়োংহিলং উবদা থোইন্নু নাম্থোক্লুনা চেনখি । )

নোংত্রেন— ( নোক্লবদগী হুন্থরকপদা )
য়াম্নুং 'বুংঙো লৈমাবা !
ননাও নোংত্রেন থোম্বনা
য়োংহিলং খনবা তাংদো ।
(তপ্প তপ্প চত্তশিল্লকই )

( মতম অসিদা থোইম্নুনা মপান্দা থ প্লপনা লাওরকই )

থোইমু — অকন-অথৌ কনা লৈ !
য়াইবি কন্নু নিংথৌগী
য়াইবি কন্নু নিংথৌগী
( লাওহুনা চেনখি লুরাওবা চেম্মোকখি

পুন্সিবা— নোংজ্রেন খোম্বা কৈদৌবা !
ঐবু য়োংহ্লিং চন্‌বকো !
পোকমীরবা নয়াম্বা
নপা শকপা ঐহাকপু
য়োংহ্লিং চনগে হায়রবা !
মীহিং চাবা হিংচাবা !

( হায়হুনা হো চিল্লক্লিবা নো জ্রেন্দা খোংপাক্না কাওই— নোংজ্রেন নীংথেঙ্‌ননা তুখি—পূন্সিবা মশা নিঙ্কুনা মুংশা মপী হোম খদাঙ্‌ চিকুন। লেপ্পুনা লৈ – ময়াম চঙ্‌শিন্দুনা নিংথৌবু ফাবে। )

নোংজ্রেন— হা হা হা হা হা !
কেগে নিংথৌ পূন্সিবা !
( হোচ্চন্দুনা নিংথৌবু য়োংহ্লি চ।

পুন্সিবা— নোংজ্রেন খোম্বা, য়াইতম্বা !
লৌ-ম চাউবা হিংচাবা
মুপীনা ভম্বা মীপাওখোক !

নোংজ্রেন – 'য়াম্বুং নিংথৌ, ননাওদা
পঙ্‌তাক্‌ ভাকপীরগনু !
ঙসাইবাইগী নোংজ্রেন্দো
হৌজিক নজ্রে খঙ্‌বিয়ু !

পুন্সিবা— হৌজিক, করি ঙইরবা ?
নোংজ্রেন— নিংথৌ !
পুন্সিবা— নিংথৌ !

নঙ্‌না ইহুং-শিল্লবা !
অচ্চা ! ( মখা চিক্কুনা নিক্কুনা লৈ )

তরুবী— 'সিদা লৈরে লৌবিরো,
তম্ফা য়াইবি লৌনথাঙ । ( শ্রী )

নোংজেন— ( লৌহুনা )
হা হা হা হা হা ।
তম্ফা য়াইবি লৌনথাঙ ।
( ফাক ফাক নোক্কুনা চেন্‌খি )

পুন্সিবা— ( ফিংনা )
হাই ! করি, কৈদোবা ।
তম্ফা য়াইবি লৌন-থাঙ্‌ ।
নোংজেন ! নোংজেন খোম্না,
ঙাইখোংহে মীতম্বান !
খোম্লাং মনম কোক্তিবা
নচা অপিশক্কুগী
য়াইবি লৌগে হায়রব্রা !
পাবী 'ইবুংঙো মুংশিবা,
ইপায় তম্ফা য়োইহৈবা
'পাবু করি ওইরোগে ।
তম্ফা— ।
( লৌমাংহুনা তুথখি—ফাক ফাক
নোক্কুনা চেন্‌খি ! )

তরুবী— কৈ শুমশঙ্‌দা ।

---

## ঙশুবা উৎপা

মকম—খুমন কোম্নুংগী মম্নুংদা লৈবা লম্যেল।

মতম—ইম্নুং ।

(থোইম্নুনা লাউর-লাউরদুনা চেল্লকই। তুংদা লুৱাওবনা কম্না তাম্নরক্লি।)

থোইম্নু— কংলা মেনগী কম্বানবু
মিকারবা নোংত্রেম্না
নিংথৌ খুবম শিম্নবা
নিংথৌ য়োংহ্লিং চন্থরে।
অকন-অথৌ কনা লৈ—
ননিংথৌবু কল্লোলাও।

লুৱাওবা— ঙাইখো থোইম্নু খদাঙ্কন্,
উৱাও-থৱাওনদুনা
নঙ্গী করি কাম্নরোই!

থোইম্নু— মুজাই লিচৎ মাঙ্বদা
হালেংত্রবা লুৱাওবা,
ঐবু ফাগদোবগী
তুংদা কোইতান তাল্লক্রে।
কনা কনা লৈবগে
মুজাই ঐবু কল্লো-লাও!
(চেম্হোক্লকই)

লুৱাওবা— খোঙ্দমতনা কাম্নরোই,
কদায়দনো চেন্দোবা!
(থোইম্নুবু হেনগত্নুনা থৎলগা)
হা হা হা হা হা।
থোইচৎ রাংথনরবী—

খোইনু হায়বী মীৎয়েংহৎ,
লুরাওবগী থৃত্তগী
করম তৌনা লীৎকনি ?

খোইনু— লম-চায়থোকউ লুরাওবা
মুক্তা ঐবু থৎকয়ু
ঐগী লম্বেল খিংগনু।

লুরাওবা— চৎলোইদৌবা রাফমদা
চর'ং মশা পান্দুনা
থোইনু, চরাঙ্‌নবনু।
লাংবন্‌ লুদা থুরবা
লেমৈ ঙাদি ঙারাবু
শোযনাপ্পনা কৈদৌটৈ
হুন্দোক্লম্মী তাখরে।
থৃযা তুশিৎৎনীংল'দি
ঐগী য়াথ, ইঞ্জহৌ !

খোইনু— তুমিন লৈযু চীঙ্খীবা।
মথোঙ্‌-থৃযা হ ম্লিবা
থৃয়ালোইগী য়াথংবু
নিংথৌরেনগী মমোম্না
ইনবা হৌনবরহে।
চাযথোকখরো চৎথোকউ
ঐগী লম্বেল খিংগনু।

লুরাওবা— হা হা হা, অপঙবী !
লৈমা ফিনা নাওয়োম্বী
নিংথৌফিনা নাওলোইবী
তম্ফানিদি হায়রগা
খোইনু হায়বী নহাকসে
ওম্হৈক্লম্ম পঙ্‌লিদা !

অচৌ-পশাক খাম্লববা
মীরম্নেনগী মচপাক্তি
মতীক- চাবা মীতন্না
অচৌবন্সি খঙ্জৌশা ।
নাই-ওইরম্বা মহাকা
মপু ওইবা য়ারবা
মপু ওইরম্লবা,
নাই ওইবদা কায়দ্রেকা
তাইবংমীগী লোনচৎনি ।
ঐহাক মতীক-চাবন্সি,
ঐগী লাঙেঙাল লোম্বা-কাও
লোয়্‌ন-লোয়্‌না ওইহনা
লেম্নজরো মীয়াঙ্‌দা !
থুজং-পাল্লোইনহনা
তাইবং ঈপাক ঈরেমবুং
লানমিন্নসি লাক্‌ও-লাও ।

থোইনু— নয়া কবাক খন্দুনা
নরৈ লৈতোন কক্‌-রগা
পঙঙাঙ্‌ ঙাঙ্‌লু মাম্নথাবা।
চায়থোক্‌'খরো ঐ চৎকে।
( থৈদ্রুনা চৎকে তৌই )

লুবাওবা— ( থত্তুনা ) কদায়দনো চল্লোবা
নতীক লৈম্ন' তুক-চৎলু ।

থোইনু— থুমন লৈপাক অসিদু
অকন-অথোই লৈত্রবা ?

লুবাওবা— লৈত্রে, লৈপাক পুম্নক
নোংফ্রেনখোইম্ব নোংম্নাইদা
নোংফাই লৈতিরু ওনখরে ।।

থোইনু — চোংথোক্লকই অকনবা,
নমিংথৌবু কল্লো-লাও
লুজাই লমচৎ তাকলো-লাও !

লুবাওবা— হা হা হা হা হা !
কনা চোংথাক্লকনি ।
থৌজেং কায়্‌নন লাউর'ম্ম
থোক্তংববী থোইনুগী
অবা তেংথা থোন্‌ফমদা
নাওই হীকৈহে খোল্লোইনা
খোন্থাং য়ৈবি মনবা
কনা লৈত্রবনিনেহে ।
চীংলেন চীংলোন লানখবে,
মপা নিংথৌ পুন্সিবা
অঙাং ওনহনবগী
কন্না য়োৎহিলং চন্‌খরে ।
নমান নোংথোল পাঙ্গলবা
ইকোপ লাইশা তানফমদা
লুর ওবগী তাজীন্দা
তাইবং চেংজেল লোমখরে ।
তথক-তথরজনু
ইতুং ইরেন ইঙ্গহৌ ।
মীৎস্না মীৎয়েং তথকপী
মমায় থকপী শজীদি
থঙঙ্ তাজীল চাবনি ।
( থাগুক্ল হৎলা হাংলো " হায়না লাউনরকই

থোইনু— কদায়োনে ! করয়ে !!
কনা য়েংশা উমিথে,
কন্‌ বিমজাই লুখিত্রে !

চায়থোকউনে লুরাওবা,
নখোঙ কোম্মা হায়জরি—
ঐগী লম্বেল পীবিয়ু।
লৌনম চাউবা নোংঙ্গেম্মা
ইদু নিংথৌ তম্ফাবু
ছাংখিবনা হাল্লনি।

লুরাওবা— হা হা হা হা হা !
থোইনুসনা পোঙ্জেনবী,
থোঙ্গুল তারক্লবরা !
ঐগী য়াথং ইল্ল দি
নহু য়াইবি কন্দুনা
রাঙ্গোল নিংথৌ হাপ্পিনি ।
নপা নিংথৌ পুন্সিবা
অঙাঙ ওলহন'বদনা
পুন্সি থোয়রেল লোম্বা-ফাও
কৈশুমশঙদা থম্বিনি ।
লাকও চৎসি চঙলকউ —
শাদোঙ শফম য়ারিবা
ঐগী শাগল শয়াদা
শাইদাংলরো শানৌ-ও !
( মথুং অনী তিংথোক্লুনা হোচ্চিল্লকই )

থোইনু— করি হায়বা মায়থাবা ।
( লুরাওবগী মথজাইদা খুপাক্লা
কল্লা থারগা ইল্লি—লুরাওবা
নীংথেংননা তুখি )

লুরাওবা — হা হা হা থোইনু !
মুপীমচা থোকইদো। ( ছোগত্তুনা )
শয়াংলাইনা খঙসনু—

হায়রিবসি য়াক্ত'দি
খুদক অসীমক্তদা
নাকল্লগী থাঙ্‌শিনা
নঙ্‌গী নঙক কক্কনি।

থোইবু— করি হায়বা মীচোপ্পা,
নমায় থাবা মঙোল্দা
ওংদোবগী শক্তি—
ইচেই 'বুংঙো মুংশিবা
ইম্ব নিংথৌ য়োইহৈবা
শিপ্রসম্ব নোংত্রেনগী
তমথিরবা খুবাক্তা।
খুমাঙ্‌ চাউশীন্‌খরবা
ইপা নিংথৌ পুন্সিবা
যোংছিলং ফলাং খন্দুনা
লোমপ্রসম্ব মপুক্সি
কৈশুমশংদা নোংত্রেমগী।
খুমন লৈকোয় পু'ময়োল
লূপপ্রসম্ব ঈরোন্দা
ঈথক ঈপোম চাউরবী
শক্লোন পুবী লোক্তাকী।
ঐহাক অমুক চেক্লরোই
ঐগী ইঙক্ কক্লো-লাও।

[ কমথথ্রে ]

নুয়াওবা— অচ্চা। নঙ্‌গুম্বনমু
অদুক নংনা ঐহাকপু।

[ হোচ্চিন্দুনা থোক্সুগী শয়াং পাইদুনা
চিংলক্লে—থাঙ্‌ শংদুনা হাইগথলে ]

হায়রু তাপে থোয়চংগী,

ইরোই লোইবা ৰাহংগী
ইরোই লোইবা নপাউখোল—
ইল্লরোইদ্রা ইয়াথং ?

থোইমু— তাঙহৌরো অপঙবা !
পামজদবা নহাক্কী
থাঙগী ময়া অথৌবা
নুজা ঐগী ইঙরা
হ'লেংদনা ওক-ঙম্মী ।
নঙগী নশা, রাঙাঙদি
মীকুপ'মগী মতমফাও
নুজাচানা ওক—ঙমদে ।

লুরাওবা— হাহাহা হা হা !
নুজাচানা ওকঙমদে ।

[ হায়রুনা থোইমুবু মালেম নৈদা
চিংথরে ]

শিজরোদা নারাংবী !

( হায়রুনা কক্কদবগী থাঙ হাইগৎলক্লে
—মতম অসিমক্কদা থোইবা চেনশিল-
লক্কনা লুরাওবগী হাইথরক্লিবা থাঙ
মাগী থাঙনা ওকথরে—থোইমুবু
তুংদা থমখরে )

লুরাওবা— (মুন্না য়েংলগা) । হা হা হা হা হা !
থোইবা নত্রা নহাকপো !
লমজামচা নহাক্কী
তাইবং চেঙ্গেল লোইরেদো !

থোইবা— কোথম্বনা কাম্ররোই।
থাঙ্গী তাগী মহৈনা
হাত্তোক্লসি হায়বরা ?
পাম্বোমতগী পাঙমা
লোইশিন্নসি হায়বরা ?
হায়য় তাগে অপাম্বা

লুবাওবা— অচ্চা। পীদং-পাদংপা
লমজা সারা নঙ্নস্থ
হায়তুনা থোইবগী মথক্তা থাঙ হাই-
থরকই থোইবনা থাঙ্না ওকই—
মতম্ খরা য়াম্রবগী মতুংদা থোইবনা
লুবাওবগী থাঙ য়ৈথে — লুবাওবা
কম্না চেনখি )

থোইহু— পুকচেল চাউবা অথোবা,
কনবিবগী মুজাবু
য়াইবী হকচাং কৎপগুম
খোম্লাং মনম কোকত্রিবা
ইহু নিংথো মাবুস্থ
খুয়া খাদা কচ্চরে।
কনবিখুনে মহাকপু।
( থোইবগী মখোঙ্দা তুখত্রে )

থোইবা— নুবা মজা ইবেম্মা,
ননাই লমজা মচানি
হৌনদেদা লেংখৎলো। [ চিংখৎপি ]
সনা কোম্মুং কায়দরি—
নহু নিংথো কৈদৌত্রি।
সনা খোগম্লবনা
শাফগনি ইবেম্মা।

থোইস্নু— নত্তে নত্তে অথৌবা,
নিংথৌ য়োৎহিল্লাং খন্‌খরে ।
তমথিরবা নোংক্রেম্না
ইম্থু নিংথৌ তম্ফাগী
য়াইবি পান্দম্লরুনি ।
থীল্লে থীল্লে অকনবা !
["হাৎলো হাৎলো" হায়দুনা লাম্নী
অনী চেল্লকই—থোইবনা লোইশিল্লম্‌
লগা থোইস্নুগা চেন্‌মিল্লখি ]



## ৭শুবা উৎপা

**মফম—লৈম্‌কোনগী কা অমা।**

**মতম—ইন্নুং।**

( ফমুং মথক্তা ফমদুনা লৈমা লিস্থোইঙম্বীনা মপারী তন্ফা য়োইহৈবক্‌ মতম্বাক্তা কোল্লি— তন্ফাগী মনাক্তা মাগী মোরানবিদু তাদুনা লৈরি—তন্ফা হকাম চল্লগা মমীত্তা মখুৎনা শ্র্‌ শ্র্‌ নোইরক্লি )

লিস্থোই— পারী তুম্নিংলবদি
লাইরেল শংথ ম্নাতান
খোম্লেন তুমখুন তাল্লোদো।

তন্ফা— তুম্নিংলক্লে তুম্লগে।
( হায়দুনা মোরানবী কোন্দুনা
মমাগী তম্পাক্তগী ফমুংদা
ছিপথখি )

লিস্থোই— তুমখুন তাল্লো, ইমানা
নাউথেম শৈদি শৈম্নুংশি
হয়া হম্নুন শৈরোম্না
পারী নাউশুম্বিগনি।

তন্ফা— ঐগী মোরানবীবুসু
শুম্বিয়ুকো অপোকপী।

লিস্থোই— শুমদদিকো শুম্বিনি,
শুমদোকপিসু তাঙ্গৈদনা।
( মখুৎনা মপারীগী মনমদা
পুপ পুপ ফুদুনা নাউশুমবিবকই )

### নাউগুমখোল

হুম্—হুম্—হুম্ হুম্,
হ্য়া-হধুম—হুম্ হুম্!
ইমাগী তম্ফা য়োইহৈবা
খোম্লেন্দি তুমখুল তাম্লোদা।
তাংলৌস্নু ইচীক হুল্লব্রে
হাব্রৌস্নু শৈবোই তাম্লক্লে।
পাবী-ও নঙবু চাউদ্রিবা
খোম্লেন্দি তুমখুন তাম্লোদে।!
হুম্—হুম্—হুম্-হুম !
হযা-হযুম—হুম্ হুম্।
থাজনা কোক্তোন্ থাম্লক্লে
নোংয়াইস্নু চবুক লোম্লক্লে
শঙ্গীক্লা নোংলম যাম্লনি
থবানা থারম্ ফাৎলর্নি।
পান্নী ও নঙ্বু চাউদ্রিবা
খোম্লেন্দি তুমখুল তাম্লোদা!
হুম্ হুম—হুম-হুম্।
হযা-হুহুম্—হুম-হুম।
নপুগী চাউদম হৈরাঙ্-চা
নযুগী শিংদম ঈবা-ঝক্
(ইন্নুংনা সোঞা তৈবদা)
নতু-ও লম্ন থিংনবা,
পাবেপ পুবেপ তাম্নবা—
পান্নী-ও নঙ্বু চাউদ্রিবা
খোম্লেন্দি তুমখুন তাম্লোদা!
হুম্ হুম্ হুম্ হুম্।
হয়া-হয়ুম-হুম হুম!

লিস্বোই— ইমাই তম্ফা য়েইহৈবী
নাউশুম্ লৈমা তম্পাক্-থক্
থোয়েন তুমখুল তান্খবে।
পায়ী চেংলৌ থোয়দাবা,
তযাল মানবা চীম্বানগা
চীন্দিমসি ইমাগা।

(চুম্বা—খঙহৌদনা য়াইবুং
পুংখোল তায়কই—"হাংলো, হাংলো"
হাযনা লাউনরকই—লিস্বোই ঙকচাননা
লৈবি—মপান্দগী থোইবু লাইউরকই)

থোইবু— পলেম নঙবু তাবরা,
খোঙগী নাতৈ কাঙঙুনে
চাবগী পোৌবোল শংলুনে!

লিস্বোই— ইমোম 'বেম্মা ইমা লৈ,
লাংলেন বৈদোৌববগে।

(খোঙ্ হাংদোকই—থোইবা,
থোইবু চেনশিল্লকই)

থোইবু— পলেম নঙ্দি খঙ্ত্রিবোই।
ফম্বাল থয়েন পামলবা
নোংযাই নোংত্রেন খোম্বনা
ইপা নিংথৌ অশোনবা
যোংখিলং ফলাং থনখরে।
পলেম নঙ্বু থীয়েনে
ইদু নিংথৌ অপীকথক্
হাংখিবনা হায়নি।

লিঙ্থোই— করি হায়বা ইবেম্মা,
নপাবুংবু কাহুনা
য়োংহিংং ফলাং থনথবা ?
( মায়গৈ মরীমক্তগী "হাংলো" হায়বা
খোঙ্গেম্মা খুমন কোম্নুং পূম্মিন নিনখ্রে
থোইম্নু— লৌমাঙনা লেপ্পগী
মতম নত্রে অপোকপী।
অরুনবা !
( থোইবগা থোইম্নুগা চঙশিনখিহুনা
তম্ফাব মচীন্দা ফিনা কম্না পুনশিন্নগ
চরৈ নাহোং শাহুনা থোইবনা পোত্তু
পুখ্রে )
লিঙ্থোই— করম হায়না ইচাবো !
নত্তে, নত্তে ঐহাকসু
ইচাই মতুং ইনগনি।
( খোঙথাং অনী অহুম থাংদোক্লে—
থোইম্নুনা থামলে )
থোইম্নু— য়াংদৌ খুরৌ চেন্দুনা
লম্মথাংদা শোয়রনি
তপথখোনে অপোকপী।
লিঙ্থোই— [ মুন্না য়েংলগা ] চৎলোকো,
ইমাই মুংশিথোইরবা,
ইথাদগী শেৎন-না
পারী য়াইবি হিংলুকো।
থোইম্নু— [ কপ্পা কপ্পা ]
টচেই 'বুংঙো মুংশিবা,
ইহু নিংথৌ চৎলোকো !

লিস্বোই— [ ম্রূম ম্রূম শোন্দুনা ]
পারী মদোম পোকপবু
ইথাদগী শেৎথ্রবা !

থোইবি— মুংবংননা লৈবগী
মতম নক্রে অপোকপী !
পলেম 'সিদা লৈহৌরো
ভমথিরবা নোংয়েনবু
মীৎকূপ খরা থিংহৌরো।
নমোম লাইবক চাউবীনা
ইহু ‘িংখৌ তম্ফাগী
য়ৈথায় থিনগাই য়েংলুগে।
[ ফিনা মোয়ানবীবু কু'শিল্লগা থোইবি মনীঙ থোঙ লোমদা থোকখি ]

লিস্বোই— [ অঙাওবীগুম্মে ]
চৎথ্রে, শানথ্রে তম্ফায়াই।
মমা ঐগী হিংনয়াই !
[ থোঙ নমথায়দুনা মখুত্তা ঈ তৈবা থাঙ অমা পায়দুনা খাক্লা খাক্লা নোক্নুনা নোংয়েন চেনশিল্লকই ].

নোংয়েন— কদায়, লৈমা মঙদাইবী,
তুংলমচৎকী পাউদাবী,
পীয়ু তম্ফা য়োইহৈবা !

লিস্বোই— ইতৈমগী ইবুংঙো,
থোম্বা, নঙবু ঙাইখোনে। [ কাই ]

নোংয়েন— তুংগী পোলোই থঙদবী,
য়েঙ্গোফবী! চায়থোকউ!
[ কন্না উল্লি—লিস্বোই নীংথেংনমা তুখি ]

তম্ফা— ।
হা হা হা হা হা ।
অদোন তম্ফা য়োইহৈবা ।
[ হোচ্চিন্দুনা মোরানবিদ থাঙনা কল্লা
খিল্লি—মী থরগা তরুবী ফাক ফাক
নোক্কনা চেনশিল্লকই নোংদ্রেন্না
থাক্লা নোকই ফমুংদা মুন্না য়েডিঙ ]

তরুবী— [ খাক্লা নোক্লগা ]
লিম্বোইগম্বী, কমদোই ?
ইন্নুংঙানবী তরুগী
ইতৌক খঙলেদনকো ।
[ নোংদ্রেন ফমুংদা চঙহনা যেংলগা ]

নোংদ্রেন— অচচ্চচা, তম্ফাবু
মোরানবিনা শারম্বা ।

তরুবী— করি হায়বা, তম্ফাবু
মোবানবিনা শারম্বা !
হায়, নৈমা লিম্বোই ফমদাবী
[ হোচ্চিন্দুনা লিম্বোইগী মখজাইদা
খুবারা থাই ]
তাকউ চিঙৈ, নপাবী
অদোন তম্ফা কৈদা লৈ ?

লিম্বোই— তানীংদেদা, অপঙবী,
তাইবং মালং শেবাৎপী !
মথান্নুংগী মচাবু
মীহাৎপগী মথক্তা
পীগত্রহে মমানা ।
পারী মাগী মিরেনবু
খোয়জি মিতম্ফমদা-য়া,

থমোয ঈবেনপুংসিগী
ঈবী-ঈথাই-থোম্লাং-ইন্
পুন্সি ঈচেল পীরকপা
ইপারীনি হায়ব্বসে
মীহিংচাদি খঙ্লোইদো।

নোংদ্রেন— পুল্লু, মথং অনীমক,
হাবৈ পবল লাকউহে।

লিশ্নোই— পুল্লো লাগসে ঐবুদি।
হাংকে তুপকে ননীংতৌ।
[ মথং লোম্নতুনা তিংথোকই—ময়াম্না পুন্নি ]
ঐগী হচানসিদগী
পাবী মাবু ফংনিদি
নমঙ যাওবা নীংলুম্ন।

নোংদ্রেন— ওযুম নখোয পুম্নমক,
শলাই ওবা হাইহনা
যোহৈবৰু খিক্চো।
[ মযান চেম্নখি ]

তরুবী— খুম্মুনেহে মল্লবী,
অদে'ন তম্ফা যোইহৈবা,
কৈদা লোংলি ওাকউনে হে।

লিশ্নোই— লুরাঙ চন্দ্র চবংখন,
চোঙ্লন্-চোঙ ফাই-চাত্রবী!
শবৈ-ঈবৈ লৌতুনা
থংলেন পাযমা লৌওন্হন্
থাবৈ-থারা শাতুনা
মচিন-মনাও কায়হনবী।
নমায ওনশিল্লক্তু
চান্দা পাউদা ননিংদে।

তরুবী— ইয়া, লৈমা শায়ংখোক,
হাংগেল পোৗবা অতেকপী।
অবেম্বদা হাজন্ন
থাঙ্থক্তা কেমজনি।
নচায় ফিগৈ শেংদোকচৌ
নত্রবদি ফংলোইকো।

নোংত্রেন— হায়রিভৈদা হায়দোকহৌ,
হংলিভৈদা হোদোকহৌ।
মাঙ্বা তাবা য়াত্রবা
লৈমরেনগী য়াথংনি।

লিম্বোই— হা হা হা হা হা।
লুরাঙচন্ন তরুবু
লৈমশিঙ্দা চল্লবা।
শানৌ খোম্বা নহাক্লা
লুমদিন্নবী তালোয়গী
পোথো ইন্না পোরম ফাৎ
শ-ওই ঙ-ওই লাঙেঙান্দা
শাইওল্লকপা অসিদি
মযেক মযি নাইরবা,
মগী মযায কল্লবা
তুবী চাগোক অমুবা
লাইরেল মাগী শালাক্তগী
মরাঙ্গ চন্নবনিকো।
তোল্লি তোল্লি নহাক্লা
মীরম্নেন্দা পোকপদি।

নোংত্রেন— অচ্চা, নঙ্গুপ্থীনন্ন
অতুক নানা নোংত্রেন্দা।

[ চেনশিন্দুনা খোঙ্পাক্লা কন্না কাওরে
—লিম্বোইগী লৈমায়থক্তা তথথে ]।

পেম্নরিনি—পেন্দ্রিবা।

[ ফার্ক ফাক নোকুনা লৈ ]

লিম্হোই— হিংচাবা!
খুজিল পানবা লমগী শা।
ঈ-তূম ওইরিবৈদগী
নাউয়োক নাউকোল্লরুবী,
ইয়াসীদা চাদনা
নয়াত্নদা ইল্লকপী
নমা শকপী নতৈমা;
চরৈ নহোং শাত্নুনা
ইনমসীদা পোরগা
হয়া-হযুম্, শৈরোম্না
নাউরোইরকপী ঐহাকপু
নথোঙ্পাক্না কাওহনা
লাক্লবগী মহৈদি
মৈ-ঈশিংনা চামত্নুনা
ওইরসত্নু কোক্তবা।
তরুবী— পেন্দ্রিবরা, কমদৌই?
লিম্হোই— কোরৌ কোইবা কোরেম্নাই
মৈশা পুবা নহাকপু
নমি শাম্নবরনে।
মালং খোঙ্লৈ অকনবা
শাফু কনবা নহাকসু
খোঙ্লৈ হচীক হন্নব্রা।
করিগীনো লৈমরেল,
মালেম লৈমা নহাক্না
লৈ-হাই কমা হাইঙু॥

নৈত্রক-ঈফাওহন্দনা
তুমিন্-ইচীক্ থেম্লিবা !
কৈদৌবিরি লাইনিংথৌ,
খুমন কোনবা শঙ্খাং-লাই,
হিংচা ম্নাইতম্নরবা
অনীশিবু হৌজিক-ফাও
লৌশিনবিত্রিবসিবো !

তরুবী— ফিবম অসী য়ৌরফাও,
করিমতা হন্দ্রিনে।
[ লিংথোইগী মশম পায়দুনা চিংলগা ]
তাক্লো লাওনে থোইচংপী,
নচাই নৈফম তাকউনে ( হে )।

লিংথোই— শঙ্খাং ! হা-হা হা !
ঐগী শঙ্খাং পায়রবা !
শঙ্খাং অসীমক্তনা
তাঙ্জ লিনথাক ওইদুনা
হিংচা-হিংফোইনরঁবা
নখোয়'নীবু চীক্তুনা
নথবাক্কী ঈত্তুবু
খাবুম থল্লা থক্নমকো।

তরুবী— করি ! লৈমা শারুংথোক্ !
অমল্ শিয়াই চল্লবী
শিথ্রো নঙ্দা শোরেনম্ন।
[ হায়দুনা মশম মনা কৌয়রগা লাক্তুনা
ইল্লি লিংথোই লৈশায়থক্তা তুখি।

নোংজ্রেন— হা হা হা হা বা !

## ২শুবা ভাগ্কক

### ১শুবা থৌংপা

মফম—কৌরুংবা চীংগী চীংলম্বী।

মতম—শনগারকপা মতম।

( য়াম্না চীংপা চীংগোম্নি। থোইবনা তম্ফাবু মথুং শমথুনা লম্বী অসিদা লাক্নি—মতুংদা য়াম্না লোম্না কোবগা কোন্দুনগা ইম্নবক্লি )।

থোইবা— মরম'সিনা য়োইহৈবা,
নীপামচা হায়'সিদি
কনাবুসু কিফদে—
শা-কৈ লাক্লে থেংননি
য়েক্ল' লাক্লে থিন্ননি!
'সীনি নীপা হায়বদি।
তম্ফা. অত্তুক ম্নেংঙুদো,
কয়া পুক্নীং হুথ্রবা
ফজথ্রবা লমদম্নো।
নেম নেম হৌবা হানৌনা
কাইদ শীংপা মালংদা
মরাংগী ইরাং হৌরিবা!
তাওগো—তম্ফা মুংশিত্র.—
মরু ইরু লুরুবা
পাম্বেল উচী ফৈন্নাদা
উচেক বার্য়া খিবিরু
মুংশি-শৈদম্নিংসে

শেদমখোনসি তাহ্না
ঐদি লমজম অসিদা
লৈজনিংগ্রে ওস্থোক্লা।
মুংশিজ্রনে, লৈনিংত্রা!

তম্ফা— ঐবু পোকপী পলেম্না
ইহেন হেম্না মুংশিজৈ।
মানা "পারী" কৌবনা
থোইনা হেম্না তানীংঙি।
মাগী ফৈরাথক্তদা
লৈজনিংঙি ঐহাক্তি। (কল্পি)।

থোইবা— নক্তে তম্ফা তাখোনে—
ঐনা ওসাই হেকপিবা
হৈরাঙ মমূল ফরবা
তাউজিং মগী হোম্নবা
হাউত্রা, মাহ্ন চানীংত্রা?
'সীদা লৈরবদিনে
অহুগুম্বা কৈক্রাঙাক
নঙনা চাদৌবনিদো!
হাউজখরে ঐহাক্তি।

তম্ফা— পলেম মাগী খোম্নাংনা
হেম্না হাউই-ঐহাক্তি
থোইনা হেম্না খোয়থুমৈ।
হুম্—, ইমা মুংশিজরক্লে
পলেম ফৈরা তাজীনথক—

[তম্ফাগী খোন নমহত্তুনা]

থোইবা— তোতো, য়েংঙু—য়েংঙুতো!
তাও—তাও তম্ফা নঙস্থ তাও—

উনা'রক্কা লোত্তুনা
হরিনোংনাং, পিথাদোই
য়াম্বী কৌবী চেক্লানা
থম্মোয় ফুরু খোংলি'সে।
ভম্ফা— চেক্লা হরিনোংনাংনা
পলেম মমা কৌহুনা
তেংথাবগুম ঐহাকসু
পলেম নঙ্‌বু কৌহুনা
তেংথাগেকো নচানা!

**তেংথাখোল**

তাম্‌-তাম্‌ ইমা মুংশিবী
তাম্‌ত্রেদদো অপোকপী!
তাম্ন-তাম্ন তংনরে
তরং লাইজ তংতরে।
তাইব-থরায় তাক্লবা
কোরৌ মালেম থায়হুনা
লৈচিল পোমায় তূবদি
তাম্ন-ফম্নি তাকপোইদো!
ভম্ফা— পলেম নঙ্‌গী খোম্লাংহু
খাবৃম থম্না থরু'দি
পেনগ্রনিদা নচানা!
খোইবা— তোক্রোগবা য়োইহৈবা!
লাইবক থীবা ঐহাকসু
মপী মপা লৈত্রবা
লমজা মচা ওইবনা
মিংলেন অহু তাঙমদে।

পলেম মিংদি ম্নিংন্নুংশি
থম্মোয় লাইমুম কায়ন-ম্নিং
য়াইবি মিরেল শাম্ম-মিং,
পিগী পিরোই পীদনা
তাইবং মালং কাউহনবা
মিংলেম্নিনে মিংম্নুংশি।
তোক্লো অত্নক পম্নমু।

তম্ফা— ঐহাক খোংম্নাং লাম্নক্লে
লাইজা খিত্তা পীথকউ।
[ মুংশা থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা কমথখি ]।

খোইবা— পীথকনি কোল্লোসে।
[ কমথত্নুনা মনম ঙনশিল্লি ]
ইনক নকপা লোকসিদা
লাইজ ঙাক্তা লৈরেসে।
[ তম্ফানা কোনগে হায়ত্নুনা খোইবগী মনম পায়ত্নুনা হৌগৎলকই— হৌগৎপা ঙমদ্রহ্নুনা ]

তম্ফা— ঐবু পোবিরগম্নু,
ঐহাক য়াম্না ঙমদবে।
[ মুংশা থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা হীপথগ্রে তম্ফা ]।

খোইবা— ( যাম্না কিংনা )
তম্ফা—, য়োইহৈবা।
[ মতম্নাক্তা পমখৎলি ফিগাওদগী হৈবাঙ, লৌথোক্লগা ]
সে—তিল্লাং তিপ্তুম খোয়ম্নাংহে
মিতাখোন্দা তাউজিংলি।

মহী অসি থক্কুনা
অরাম থৌদাং কোক্কোসে।
[ হৈ মহী শুমজিল্লি—তম্ফা চ্লপ চ্লচুন্নী ]

তম্ফা - ঐবু পম্বিরগম্বু,
লাইজা খিত্তা পীথকউ।

থোইবা - ইয়াম্বনা নহাকপু
থাপ্পনীংদে খোঙ্কৈ'মা
মীৎকৃপ 'মকাও থানীংদে।

তম্ফা - লাইজ ঐপাল লাংঙ্গ'দি
শিবা তারে ঐহাক্তি!
পলেম—

থোইবা— তোক্লো—চংলে ইয়াম্বা!
[ পম্বদগী থমথরে—তম্ফা হৌপথথরে ]

তম্ফা— থুরকউকো ইয়াম্বা,
হুদোম লৈবা কিজেকো।

থোইবা— 'য়াম্বা চিঙ্গে লাকনি
করিমতা কিগস্থ। ( চৎখি )

তম্ফা— পলেম, পলেম অপোকপী।
( হায়না মপি চেন্দুনা লৈ—নাকল অমনমদগী য়াম্না লোম্না কোবগা কোন-হুমগা তম্ফা তান্না হোচ্চিল্লকই—অনীমক চংহুনা তম্ফাবু মচীন মেন্দুনা ফারে—মখোঙ মখুৎ পুল্লে—কোবনা থাঙ শত্তুনা তম্ফাগী খুবী ককদোবগী হোৎনরি কোন্দুম্না তা চিঙহুনা থোইবগী মায়কৈদা য়েংলি—কোবনা শদন থারগা তম্ফাগী য়েং থংবা কল্লি )।

তম্ফা— ইমা! অয়ো ইমা!
( কল্পা লাউরকই )

থোইবা— ( থাপ্তক্লা ) তম্ফা— !
( কোবা খুবী পুন্থুনা চেনখি—তম্ফা কোইরাও—লাউথুনা ফ্রং ফ্রং ওল্পুনা লৈ— কোন্দুম্না চেনশিল্লকইবা থোইবা তম্না মখা চীক্লুনা তা—হুল্লি থোইবগী কৈবোমদা পাল্লি )

থোইবা — ওঃ— ( হায়না ল উরকই )

কোন্দুম - হা হা হা। কৈবোমদা।
( যেভিড—থোইবনা তা শংপা উবদা কোন্দুম ইগুক গুকই—তা পাযথুনা তাম্নরকপা উবদা কোন্দুম্না তম্ফাগী মখোঙ, পুনবা থোক্লগা মখুৎ লাক্লুনা চিংথুনা পুখ্রে— থোইবা য়ৌরক্লে— অশোকপা মখোঙ য়েং তিংথোক্লে - মখুৎ ওয়থংবনা লৈপাক্তা শৌথুনা মখা চীক্ল তা হুল্লক্লে কোন্দুমগী ময়াঙলেন্দা পাল্লে— “ওঃ!” হায়থুনা কোন্দুম তুথখ্রে )।

থোইবা— তম্ফা। তম্ফা।
( কৌথুনা উপ্রাক্লা শীত্তুনা চেনশিল্লকই

তম্ফা — 'য়াম্বা—।
( হায়না চেনশিল্লকই )

থোইবা— তম্ফা - - !
ইয়াম্বগী য়োংহৈবা!
( চেক্লেং কোল্লি মফি শেগাইথুনা তম্ফাগী অশোকপা মখুত্তা পুনশিনখি )

থোইবা— ইস্‌— !
তম্ফা,—তম্ফা— !
( হায়রুনা অশোকপা কৈবোমদা মখুৎ অনীনা পায়রুনা অনাবা মৈচাক খাওরুনা লৈ )

তম্ফা— ঐহাক য়াম্না নারেদো—
ঐ-শিদোরে ইয়াম্বা।
অয়ো—অয়ো ইমা !
অযো ইমা ইবেম্মা !
( কপ্পুনা ফ্রৎ ফ্রৎ ওল্লি )

থোইবা— ইয়াম্বা লৈ কপকন্নু।
'য়াম্বা কোনগে ইবুংঙো।
( কোনশিনবি )

তম্ফা— ইমা, অয়ো ইমা !

থোইবা— কপকন্নুনে ইবুংঙো।
নঙ্‌না কপ্পা উরগা
'য়াম্বা খাঙ্‌বা ঙমদরে।
ওঃ— ! – ওঃ— !
( অশোকপা ফৈবোমদা মখুৎনা পায়রুনা খাঙিও )

য়াবোইদোরে ইবুংঙো,
নিংথৌমচা য়োইহৈবা,
ইয়াম্বনা নহাকপু
নমা 'বেম্মা লৈমগী
ফৈরা তাঞ্জীন মথক্তা
শিন্নজগে তেমশিংবা,
ওয়োইদোরে করম্মো !

তম্ফা - পলেম, কৈদৌরবগে !
নঙ্না লাক্তি বসিখো !
ইমা ! অয়ো ইমা !
অয়ো ইমা মুংশিবী !

খোইবা - শোলহৌরোকো মিংগেন্দো
অতৎ অথম লৈতনা !
তাইবং মৈচাক খাঙ্নবা
পলেম মিংনি মিংমুংশি ।
মিংলেন অসিমক্তনা
অরা অনা মৈচাকপু
কোক্ল-মৃৎনবিবনি ।
খাঙ্হৌরোকো য়োইহৈবা,
চরে চমৌনববা,
চরী চতৎনববা
মিজরবা খোঙ্গেন্না
ইমুং কোরৌ খাক্তনা
পলেম পম্থৌ কৌহৌরো ।
মমা মচা তাম্নবা,
তাইবংপাম্নি তাক্লুনা
নঙ্গী য়াইবি মঙানা
চেক্লা অম্না গুন্দুনা,
তাংথক কানা মিজবা
মঙা শুবা খোস্থাংনা
পাল্লি মখৈ তাইবংনা,
তাম্ তাম্ হায়্না খোংহুনা
তেংথা-নাগুইহৌরোকো ।
অচৎ-অওক তাইবংগী

তাহলহৌরো নাকোংদা
মিজরবা খোঙ্গেন্দো !
চেলহলহৌরো থম্মোয়দা
তাম্নবগী মুংশীচেল ।
তম্ফা.
অদোন তম্ফা য়োইহৈবা !
(চেক্লেং কোল্লি—য়াম্না ওমদনা নাহেবকই)

তম্ফা— 'য়াম্বা 'য়াম্বা কৈদৌরে !
( তম্ফাবু কোল্লবা খোইবগী মথৃং হিকথগ্রে মতম অসিদা থাগ্লক্লা মী লাকপা তম্ফানা উরে )

'য়াম্বা 'য়াম্বা হৌগংলো !
ঐবু হাংকদৌবগী
মীহাংপশিং য়ৌরক্লে,
হৌগংলোনে ইয়াম্বা !
( খোইবা অমুক খুমক্লে—তম্ফা হৌগং-হৌগংনা )

ঐহাক চংলে, নৈহৌরো !
চেক্লাগুম্না পাইহুনা
ঐগী পলেম থিগ্রগে ।
( মমায় লৈংথারক্লে )

ইপা 'বুংঙো অপোকপা !
ঐনা অসুক রার-ফাও
নঙ্না লাক্তি বসিবু
ঐবু মুংশিত্রবোইকো ।
পলেম,— পলেম— অপোকপী !

(চেনখ্রে—থোইবা য়াম্না গুমদনা ম্নকোক হাইগৎলকই— তম্ফাবু চিংনা য়েংলগা লোরবা খোম্বাংনা)

থোইবা— তম্—ফা—!

(হায়না নীংবা কাইনা কৌরম্নগা মমায়না লৈমায়দা ফুজিল্লগা লোম্নাংদুনা লৈথি— খরা লৈরগা চীংলেন লাকই—থোইববু উরে)

চীংলেন— থোইবা, থোইবা!

(কৌবদা খুম্লক্ত্রবদা থোইবগী অশোকপা মফম, মিছল থাছল য়েঙিঙ— লাইবা শোন্দুনা কাম্মি—য়েংলগা মঙক নোম্মি —কৌরকই)

চীংলেন— হেঞ্জু, পারী তেনশুবা।

হেঞ্জু— পম্মো।

(হায়না খুমদুনা চেল্লকই)

তন্বদুবু কনানো?

চীংলেন— থোইবনিনে, পুসি লাও।



## ২শুবা উৎপা

**মক্কম—শঙ্গায়ঙ্গী কা অমা।**

**মতম—অয়ুক্কী অনীশুরকপা য়ুথক।**

(কা অসিদা থূমন নিংথৌ পুন্সিববু কাহ্নুনা থম্লি—অরাবা য়াথম্না কাহৎলবা পুন্সিবা মরু লুকথহুনা তাংবল অমদা ফম্লি—মপান্দা মীয়াম্না হরাও-মুংঙাইবগী খোজেম্না নিল-থোংলি মরক মরক্তা "য়াইফরেনগী য়াইফরেল, নোংত্রেনখোম্বনা য়াইফরে, য়েক্লতিংখং লৈতরে" হায়রনা তোয়না তোয়না লাওরকলি—পুন্সিবা ফুক হেক হৌগৎলি— কোইয়েং য়েংঙি— মথা চীক্তুনা থক-থক নীক্লা লৈ—অমুক লাওরকপা তাবদা)

পুন্সিবা— য়াহ্—ঐবো—করিগী।

[হায়হুনা চেস্থোকে তৌই— কপ্পা কপ্পা থোইনু চেনশিল্লকই]

থোইনু— ইপা'বুংঙো অপোকপা।

কনাই মশুংলাংগীনো

মিরেল মাবু কোন্দুনা

তাইবং শঙ্কুম উৎলিবা!

হন্দক মপোক লাংঙোনগী

লোইরে লোইরেনে অপোকপা!

পুন্সিবা - ইপাই থোইনু—অপাম্মু,

ইমোম কৈদৌরবগে

থম্মোয় শোক্লা কপ্পবো?

থোইনু - তাবিত্রিবা অপোকপা?

থূমন লৈপাক পুম্বনা

হরাও মপুং ফাহুনা

ব্বাবা লাউনা নিল্লিবা,
শরৈ কনবী তরুনা
খাল্লা খাল্লা নোল্লিবা !
মতম ইনৎ মত্তনা
শারম ডারম তরেৎনা
শরাং শরেল চল্লিবা !
হুন্দক মপোক অসিগী
উরবোইনে অপোকপা
মাগী চেংলৌ মুংশিবা !

পুন্সিবা— করি, ইমোম কৈদোবা।
"হুন্দক মপোক অসিগী
মাগী চেংলৌ উরবোই !"
মুংশি কনাই চেংলৌনো ?
পাউমেল্ল্‌বা ইপাদা !

খোইমু— লাংডোনসিগী লান্‌খরে,
মাগী মুংশি চেংলৌদো।
মীৎস্না নাপোম 'নীদগী
শিন্থরকপা ঈরানা
মালেম অসি থুম্ল'স্নু !
কপ্‌খোল্লকপা খোঞ্জেল্লা
ডাইবং-মালং-নিল্ল'স্নু
মাবু উবা ফংলরোই।

পুন্সিবা— তম্মু, ইমোম ইপাদা
নহু নিংখৌ চাউত্রিবা
করি করম খোকথবা ?

খোইমু— কোলোয় মপাও তারগা
পম্মৌ, হিংবা ভমখিদ্রা ?

পুন্সিবা— তম্মু 'বেম্মা ইপাদা
ইচাই মপাউ অহুনা
'থৌবা তাশোল ওইহুনা
থিল্লসম্মু খবাক্তা
থম্মোয় লাইয়ুম কায়্-নবা!
'চাকপা মৈরী ওইহুনা
চাকপ্রসম্মু হকচাংসে
উৎপূং ওইনা তানবা।
শিবিত্রবা ইপাগী
শিননবা খুৎলায়ম্মু
ওইরসম্মু মাহুনা।
হোন্দোক্লকপা শো-র-দা
কাইদোংফম্মু ওইহুনা
থরায় পোম্বি মঙানা
হক্কী পোন্‌সে থাগ্রগে!
শো-র অহুমক্তনা
'চাকপা মৈরী ওইহুনা
খূমন লৈপাক পুম্নমক
তুম্না চাকথেক্লসম্মু!
[ থরা থাগুকনা নোংত্রেনগী মমাইনা পূং য়েংহুনা লাউরকই ]

**পাউজেনখোন**

নোংয়াই লৈপাক খঙ্‌হৌরো,
অদোন নিংথৌ মপারী
বাঙ্গোল নিংথৌ তম্ফাগী
য়াইবি নোংগা-মথয়ে।"

পুন্সিবা— করি ! খোইম্নু কৈদোৌবা !
হৌজিকীদু কমদোৌবা !
খোইম্নু — [ কপ্না কপ্না ]
অতৈ নত্তে অপোকপা,
নোংত্রেন খোঙ্ঘে মনাইনা
ইচেই 'বুংঙো মুংশিবা,
ইদু নিংথৌ তম্ফাম্বী
ঙকশম মতা কবদা—
পুন্সিবা— হায়বু ইমোম হায়বুনে
নদু নিংথৌ তম্ফাম্বী
ঙকশম মতা কবদা —
খোইম্নু— থাঙলেন ময়া থাখরে !
পুন্সিবা— হাহ— ! ইমোম কৈদোৌবা !
পারী মাম্বী ঙকশমদা
থাঙলেন ময়া থাগ্রবা !
তম্ফা ! ইপাই য়োইহৈবা !
[ লৈমায়থক্তা হাইথগ্রে ]
খোইম্নু — [ হোচ্চিন্দুনা ]
ইপা 'বুংঙো অশোনবা,
হাদা পম্থৌ অপোকপা,
নচা থাই-ন মৈচাক্লা
থমনুং লীশাং বায়রব্রা !
পুন্সিবা— [ হৌগৎলকই ]
পারী 'বুংঙো মুংশিবা
অদোন তম্ফা য়োইহৈবু
নোংত্রেনখোঙ্ঘে মনাইনা
লুয়েল ঙোংদম শোইগ্রবা !

ইপাই থোইস্নু সনাম্নু,
ঈমোম নঙ্ব্রু কৈদৌরি—
শম্মো-লাওনে ইপাবু।
থূমন কংলা মেন্দগী
হাম্বুল শম্নাং পায়স্থনা
নোংজ্রেনখোম্বা চিংথগে।
মাশী লুরেন কক্লগা
ইচাই লম্মন থুম্নগে।

থোইস্নু— ইপা 'য়ুংঙো অপোকপা,
করম হায়না থোকনি—
মায়কৈ শলাই মরীদা
থূংলাই পায়বা লাম্মীনা
চিংলু-য়াইক্ল চন্দনা
অহিং-মুংখিল ভাক্লিবা
কৈশূম্ শঙ্নি অপোকপা!
পলেম, পম্বৌ, ইপাই-চা
ঐখোয়'হম্না হিংলি'সে
মিরেল হামচংনম্থনা
মমি শাম্লবনিনে।

পুন্সিবা— ঐনা হিংজরিবসে
অরেম্বদা তারবা—
ইপাই থোইস্নু য়েংঙ্নে
তাংলৌ মতম লৈমশী
য়ায়া তীম্না চীকুনা
মপাল মঊ কুম্নবা
চোকথরবা, খুইবরা
পাম্বোম্ন অনী অসীনা

নহু নিংথৌ তম্ফাবু
কোনখিগনি ঙাইরম্বা
অরেম্বদা তায়েনে।
অহল মতম ওইবগী
চেক্ল্প্‌ শীজিল্লক্লবা
ঈরা চেন্‌বা মীৎস্নানা
পারী-মুংশি-মায়থোঙ্‌বু
য়েংখিগনি হায়দুনা
তরঙ্‌ হৌনা থম্লকপা
অরেম্বদা তারেনে।

খোইমু— লেম্লে লেম্লে অপোকপা,
হিংজমনগী কাম্নদ্রে।

পুম্বিবা— ঈপাই ইমোম ইপাবু
তরঙ্‌-মালং ওইরক্লে।
থম্মোয় লকা ফম্বান্দা
মিরেল কোনবা ঙম্লক্তে।
থাংজিং, মার্জিং, খোঙঙারেল,
শলাই কোনবা লাইয়ামশা,
লোক্তাক ঈশা মাপনমক,
মুংশিৎ নোংলৈ অকনবা,
করি য়েংনা মুংঙাইরি?
মচাই মৈনা চাক্লবা
শিবিদ্রবা মীগুথাং—
ঐবু হাত্তোকপিরোবা।
ঈপাই ইমোম কোম্লুনে
ইপা লেম্না ঙম্লক্তে।
পোরোইনবা হৌম্লকপা

থাম্বি তরানিথোইনা
মৈত্রং য়োঙ্কে ওইহনা
লকা থুম্না য়ৈররে।
[ তুরোই-ঙামোই তৌই—থোইমুনা
কোনশিল্লি ]
নোংজ্রেন, নোংজ্রেনথোম্বা !
লাকচখিদা শরিশো।
[ মখা চীকুনা মঙৈ নিঙ্কুনা লৈ—
নোংজ্রেন লাকই ]

নোংজ্রেন— য়াম্বুং 'বুংঙো লৈমাবা,
সনা হকচাং অঙ্গবু,
খিৎ মুংঙাইবিত্রিবা।

পুন্সিবা— নোংজ্রেনথোম্বা নত্তরা ?
য়াইতম্নবা নহাক্তি
ঐগী কাদা করিগী ?

নোংজ্রেন— খুকমজগে লাকচরি—।
হোঙ্গবদি হোৎরে
হ'ঙ্গনবস্থ য়াররোই।
পূক্নীং নাইম্ন থাংদনা
ঐগী ফজ্ব'লমচৎকী
ইবাল পূম্বা ঙাকপিরো।
লৈপাক মাঙ্দা ইরেম্না
খুমনপূংগী মাযেঙ্গৈ
য়াম্বুং—সনা খুত্তুনা
শিন্নবিরো ননাওদা।

পুন্সিবা— কবি হায়বা হিংচাবা,
মীম্রক শাম্রক ওইরবা

ইচা হাৎপা নঙোন্দা
করি খোগী ঐহাক্না
শিন্নগনি রায়েজৈ।
য়াহ্—নঙ্ননিকো মীতম্বাল,
খোম্লাং মনম কোকত্রিবা
পারী তম্ফা হাত্লনা
অবা-ইশৌ লাংলি'সে।
চখোকখয়ো চৎলোহে!

নোংস্রেন— পারী তম্ফা য়োইহৈবু
ঐনা খোইনা মুংশিজৈ।
'হবু য়াম্মুং ইবুংঙো
নিংথৌ ওইবৈ লৈঙাক্লোন
লৈঙোই শেক্তাদগীম্লু
খোইনা হেন্না কূপ্খয়ে।
মহাক অমা হিংলগা
ঐগী কয়া অকায়বা,
লৈত্রগনা য়াইকবা
খঙ্বিরিবা অচুম্বাই।
য়েক্লববু মাঙ্হনবা
নিংথৌ ঐগী ইথৌনি।

পুন্সিবা— য়েক্লববু মাঙ্হবা
নঙ্গী নথৌ ওইর'দি
ঐহাকসিম্লু নহাকী
য়েক্লবনি মাঙ্হল্লো।
অচু নজ্রে হায়রগা
নমায় ঙনথ্রো হৌজিকমক
নঙ্গা মায়োক্লনিংদে।

তালোয় তেমথেং তাল্লুম্বা
তেমথেং য়েনা তাম্বাবা
মীতম্বানগী মীপাম্নি।
চখোকথম্নো মীতম্বাল,
নঙ্গী শক্তম উবদি
মাঙ্হনবগী মক্ন'নি।

নোংদ্রেন - য়াম্নুং নিংথৌ, নোংদ্রেনদা
অকন অরেং শিঙ্ছনা
করি কান্নররোইদা।
য়ারে নিংথৌ ওইরবা
য়াদ্রবসু ওইরবা
থিংবি-নঙ ই লেত্রবা
নোংদ্রেম্নিনে ঐহাকসে।
নিংথৌ ওইবৈ ফিবমসে
চেৎননবা হোৎনবৈ
ম'নুংশিসু থারবা
হৌনবসু য়েংদ্রবা
নোংদ্রেনখোম্না ঐহাক্কি,
অসি খঙ্না চৎপিয়ু।
ইয়ুম থুমন লৈপাক্কী
অকন অথৌ পুক্নমক্
ইথূবাক্তা তুম্থরে
অসী খঙ্না ভাঙ্বিয়ু।

পুক্সিবা - ইম্মা! কয়াদনোসে! —
অহল ওইরে হায়হনা
উশিৎ থৌওইদহনা
নঙ্না ঐবু শিঙভরি।

অঙুক লেপ্প, ইমাঙদা
খোঙ পাকসিনা কাওহুনা
ইচাই মৈচাক কোক্লগে।

[ হৌগৎলকই—তরুবী খেক্লা নোক্লুনা হোচ্চিল্লকই—নিংথৌ ঙক্চানৈ ]

তরুবী— য়েংজরোসে লৈমাবা,
নচানীপা তম্ফাগী
তম্ফা থিনবা খূদোপকা
কোম্নরবা খূৎনিংথৌ।
হা হা হা হা হা। ( উৎলি )

পুন্সিবা— খূৎনিংথৌ!
ইপাই'বুংঙো মুংশিবা
তম্ফা মাগী খূৎনিংথৌ!
কদায পীযু ঐঙোন্দা
পারী মাগী খূৎনিংথৌ।

[ অঙাওবগুম্না চেনশিল্লকই— তরুবীন —নোংদ্রেন্দা ইহুল পী ]

নোংদ্রেন— লৌজরোসে কজ্রবা,
নো দ্রেন ঐগী টৈফুস।

[ কম্না হল্লি— পুন্সবা নীংথে ননা তুথখি—ফাক ফাক নোক্লুনা তরুবীগা নোংদ্রেনগা চংখি। ]

খোইমু— ইপা'বুংঙো অপোকপা,
হাদা পঙ্গো অশোনবা।

[ চেনশিন্দুনা মপাব্ কোনখচ্চে ]



# ওশুবা উৎপা

মক্কম—লিশ্নোইঙম্বীবু ফাম্ভনা থম্নবা স্নুম

মতম—অযুক্কী অনীশুবা স্নুথক।

( লিশ্নোইঙম্বী লৈপাক্কা শাবা মপারী শক্তম কোন্দুনা কপ্পা কপ্পা তেংথাহনা লৈ )

### তেংথাখোল

ইমাগী—
অদোন তম্ফা যোইহৈবা,
পূক্নুং লিম্না ঙাঞ্জবা।
পারা নঙবু ইমানা
ফৈরা থক্তা চেৎনকোল,
মুংশি শক্তম চিংনয়েং—
খোম্লাং মায়য়োক্লবদা
পারী মীৎস্না মীচ্চিনা
পলেম চেংলৌ মুম্ন-য়েং—
খোম্লাং থকয়োৎনবদো
করম কাওনি ইমানা।
থাজ মানবা মায়থোঙম্বী
তযাল মানবা চীনবাম্না
হরাও য়াকা মীনোক-তম,
পলেম পলেম কৌরম্বা
লমদম তাম্নখিবনা
পলেম কৌবা তাদঙে।
পারী চেংলৌ কাওঙমদে
থাইনা মৈচাক পুঙমদে ( ইম্নানা )!

লিহ্নোই— তক্ষা নঙ্‌বু ইমানা
হুংশি শক্তম লাক্লনা
মীতম নঙ্‌গী শারগা
চেৎনা থাগোম্নবা,
থবায় মিরেল কাংবনা
পাওমেন্নবা ঙমদরা ?
হায়মু, তম্ম, ইমাদা—
মিকারবা খোঙ্গ্না
পলেম হায়না কৌদনা
মীৎম্না মীৎয়েং হোংদন
য়েংতুনতা লৈবখো !
[ খোইনু চেন্নকই
খোইনু— পলেম নঙ্‌বু অপোকপী
খাইনা মৈনা নপারী,
শঙ্‌দনবু চুরবী,
লৌদনবু কাববী,
ন-ঙী কনাইদম্নক্লো
হৌজিক ফাওবা নহাক্না
থবায় মিরেল খোন্দুনা
ভাইবং ওইমা হিংলিবা !
লিহ্নোই— ইনাই ইমোম চরৈংল,
লাংলেন নংঙ্‌বু য়েঙ্‌নে
নত্থ নিংথৌ তক্ষগী
হুংশি-চেংলৌ শক্তমসে।
'রেম্না মীতম নত্তেকো-
পারী খাইনা মৈচাকী
শিঙ্করকপা মীৎম্নাগী
পিনা মপুম থীংলবা

লৈত্তজায়না মীত্তবা
নহু মাগী শক্তম্মি।
শক্তম অসি কোল্লগা
মালেম ভুংজা—নগ্গগে
পারী খাইনা মৈচাকসে
মীরম্নেন্দা পুক্তমন্ত্রে।
পারী 'বুংঙো সুংশিবা,
ইমাই মীৎস্না মাঙসিদা
'মুক্তা কম্মু ইবুংঙো,
ইচাই চেংলৌ সুংশিবা
ইমীৎ পেম্না য়েংগেনে।
(মমাঙদা শক্তম খিন্দুনা পিনা ঈয়া
হৌত্নুনা লৈ—খোইম্বু য়েংবাঙ ত্রহুনা
ফিজীনা মমায় খুম্নগা মপাউ তম্বা
ঙমদনা হীক—হীক কপ্পনা লৈখ্রে)

লিম্মোই — ইমাই খোইম্বু সনাম্বু,
নহু মানা লাল্লবা
কোরৌ নোংঙা অহুদা
পূক্মেন পাংমেম্নহোৎ -
"নঙবু পোকপী পলেমদি
হুইহ শক্তম চেৎনকোল
খাইনা মৈশা লাংবনা
পুন্সি পোৎলোই তানথরে।

খোইম্বু— কানবরোই অপোকপী,
নোংলেন মরাং হৌরবা
নেংবান খাগী মালংদা
লোযা নোংনা খোংবগুম
তেথা নাঙইরবসু
মাবু উবা ফংলরোই।

নমোম লাইবক চাউবীদা
কাই-ন য়াথং থাবিরো।
লিম্বোই— (ফিংনা) করি! ইমোম কৈদোবা
নহু শেংন-থাইনবৈ
মৃংঙমত্রবা মৈচাক্লা
থম্মোয় খোম্না চাক্লিডৈ
ইমোম ওইবী নহাকস্থু
পম্বেম ঐবু থাহুনা
চৎলগেরা ইবেম্ম ?
নঙ্গী মৈনোং লাংহুনা
লাইবক থিবী ইমাবু
মৈয়াল ওইনা মাঙ্লোরা?
খোইবু - পলেম পম্হৌ অনীগী
লম্মল থুম্বা হায় সে
মচা ঐগী ঙমদাইনি।
থৃত্তা থাংলেন পায়হুনা
চঙ্নি ঐস্থু অকনবা
হুইয়েল লানফম-ময়ায়দা,
খেক্লা লাউনা লাক্লনি
শালাউ-লাল্লাউ অকনবা—
পলেম পম্হৌ অনীগী
ইহু নিংথৌ তম্ফাগী
লম্মল মথাক শিংনবা।
মীৎস্নাদগী শিন্থুকপা
তবং লাইজ্জা ঈয়ানা
থোঁহু মুঙ্গুম কল্লবা
থুমন লাল্লোই পূম্বগী
থম্মোই মহী চেলহন্নি!
লৈপাক কনা 'মত্তনা

চোংথোকপিরক্ত্রবস্থ
অচুম্বগীদমক্কি
মায়ওন্দবা লানফমদা
নোক্ল-নোক্লা শিক্লনি।
হৌগৎলম্নি ত ইবংগী
মচা ওইবৈ থম্মোয়দা
মৈরীক মৈথু চেক্সবা
ঙাওশং-ঙাঙনা চাক্লবা
পলেম পম্বৌ অনীগী
লম্মল থুম্বৈ 'চাকপা মৈ।
( চংংক তোই )

লিম্বোই— ইমোম নঙবু ঙাইখোনে। ( থাম্মী )

থোইবু— থাম্বিরম্নু অপোকপী,
নমোম ঐস্থু মীনিনে।
মমা মপা মচিন'নাও
মুংশিনবৈ ঈপাক্লা
ঐস্থ তাউরিবনিনে।
মখোয খিবিক অম্বিনা
ঋবম অসি থৌর'দা
নমোম লাইনক চাউবীনা
ঙাইবং—পান্দা পানবগী
পলেম, করি কানবি?
থাদোকপিরো অপোকপী।

লম্বোই— ইমোম নঙবু ঙাইখোনে—
নৌহৌনবা করম্বা
অর-মৈশা লাংবনা
থম্মোয়-লাইযুম থুইবনো
কোলোম্ব নপাউ মেমখোনে।

থোইম্নু— কানররোই অপোকপী,
কোলোয় ইপাও তারগা
য়াইবি হামচৎনরনি।

লিম্থোই - তম্মু, তম্মু, ইমাদা,
নওংগী পাউদম তারগা
ঈংবা লৈত্র' য়াইবিসে
অঙ্গীংবগী ভুংনফম
খয়ুম ফাংথোং পায়থ্রগে।

থোইম্নু— ইপা 'বুংঙো অশোনবা,
অচল ওইবা পঙ্খোদো
নোংত্রেন মানা ইনবদা
শিবা মচেং—থাকহোরে।

লিম্থোই— করি, নপা নিংথোবো।

থোইম্নু— ঙাইখোগবা অপোকপী,
অসিদগী হেন্নহুম
থম্মোয় লাইয়ুম কাইনঙাই
পাউদম অমা তাথোনে—
ইচেই 'বুংঙো নুংশিবা
ইহু নিংথৌ তঙ্কাদো—
( হীক্ল হীক্ল কপক্লে মখা তাবা ঙমদবে )

লিম্থোই— হায়য়ু, তম্মু ইমাদা
নহু কৈদোরবগে।

থোইম্নু— নোংত্রেনখোম্বে মনাইনা—
ইহুই য়াইবি লৌরগা
মখুৎ খুবী কক্লুনা
কৎলরেনে নোংত্রেন্দা।

লিম্থোই— করি! পারা তঙ্কাবো!

পারী 'বুংঙো তম্ফাবো।
তম্ফা, ইমাই য়োইহৈবা!
(হায়না হায়না নৈমায়থক্তা শকুম মনাক্তা তুথগ্রে)

থোইবু— য়াতাথরো—
য়াতাথরো অহুম্মক!
অম্মুক মিকপ থোক্লমু।
কানদ্রবী হিংজবৈ
তোংজদ্রবী পাঞ্জবৈ
লাইবক থীবী মঙ্‌গীদি
য়াইবি কাইদোঙ্‌ হোংবনা
মুঙাই য়াইফ ওইরনি।
অচুবনে অপোকপী,
নথোয় খ্বায়না চংগ্রগা
নমোম থোইবু ইতোমজ্জা
কল্লক চাউবা তাইবংদা
তায়োম্নবা থাক্লোইদ্রা!
অশি—থেন্দা ঙাইরমথো,
নোংয়াই নোংত্রেন খোম্বগী
লুয়েন তোংদম শোইদুনা
নথোয় খ্বায় পুম্বগী
মংগী মংশং তান্দুনা
লুখা থানরম্লগা
ঐস্মু নতুং ইল্লক্কে!
(চেনথি—লিম্বোই তপ্পা তপ্পা হৌগৎলকই)

লিম্বোই — তম্ফা! ইমাই য়োইহৈবা,
কদায়! ঐগী য়েংইহৈবা!
(শক্তুম উক্লরে)

হা হা হা হা হা!
ইমাই 'বুংঙো চঙ্লকউ—
ইমা কোমগে লাওনেছে।
নঙবু থাদা কোল্লগা
ইমাই য়াইবি থাগেনে।
(চেজেং চেংনা কোল্লগা
মুম্না য়েংঙি)
পারী, পারী ইবুংঙো
ইমাই তম্ফা মুংশিবা!
(শংব্রিক শংনা য়েংলগা
ফাক ফাক নোকখোক্লকই—
তরুবীগা নোংড্রেনগা লাকই)

তরুবী— সনা মীৎয়েং তাবিয়ু—
মানা থাদা কোল্লিবা
শক্তম অসি সোরেম্নি,
তম্ন লাইনি অপূর্বী,
ঈরাৎ চবাল থারগা
ইপু ইনাই অনীদা
থাজিল্লক্কোরিবনি।

নোংড্রেম - হা হা হা হা! শোরেন
শোরি শোরাবা শোরেন।
(ঙাওনা ঙাওনা চঙশিল্লি লিম্বোই
কিবনা শক্তম চেংনা কোনশিন্দুনা
মুংশা মপী হোন্দুনা লৈ)
ঈরাৎ চবাল চাবা লাই,
লৈরক্তনা শাথোবা
থো'বান্দনা লাল্লুম্বা!
হা হা হা হা হা!

শোরি শোরাবা শোরেন।

( লিম্হোই চেল্লি—নোংঞ্রেম্না ছাম্লে )

কদায়, কদায় পীয়ুহে! ( মুরৈ )

লিম্হোই— মুনগমুনে, থাদোকউ
ইপারীবু মুনগমু।

নোংঞ্রেন— থাদোকউনে শারংথোক,
শোরেন লোইবী শরেম্নু।

( মুম্লগা লিম্হোইবু কম্না ইপ্লি—
ফক্লাংদা য়েশিন্দুনা তুখি )

হা হা হা হা হা।

শোরি শোরাবা শোরেন!

( লৈমায়দা থাহুনা থুগাই )

তরুবী— অশংবীশিং লৈত্রবে!

( অনৌ থোরকই )

শোরেম্নুসি পুথোকখো।

( পুথোকখি—চালাম্বা লাকই-
খুরুম্লগা )

চালাম্বা— লৈম্রেন লাঙেঙান চম্থোনবী,
খুমন লৈমা ইবেম্মা!
খুমুন থোঙারেম্বদা
লাংনবা ঈবাংমী
ফাজবকে ননাইনা।

তরুবী— মুঙাইংদা ইদাইরেম
নীপামচা থোকইদা।

চালাম্বা— য়াম্না লুবা অমদি
খুমন লুরাং অনীগী
অরোন-অকোঙ লাম্মীনা
চীংলেন হাংপা ভমদরে।

নোংজ্রেন— লোম্না হাৎপা, ওমদবে
মাবু কোংনা হাংকনি।
তেঙ্গোল লৈরি ঐহাকী
ইতেং পাংলি লুবাংনা।
চৎলু, চৎলো চালাম্বা,
খুমন লুবাং লৈপাকী
তেঙ্গোল অনী পুত্নুনা
চীংলেন লানবা পারুচো!

তরুবী— চীংলেন হেঞ্জু অনীবু
নঙনা হাৎপা ওন্ন'দি
শরাং লাইনা খঙসনু
পজেং ফীরাল পীগনি,
লান্নোইহনবা হাপকনি।

নোংজ্রেন— লাইবক ফৈদা চালাম্বা,
নতীক খঙনা নঙম হাপ,
নবেম্মনা চানবীদা!

চালাম্বা— নোংথাং লৈম', হায়াবা
অনীমক্না শাইয়োনবা
লৈম নিংথৌ অনীগী
য়াথং লৈদা তাদনা
চীংলেন হেঞ্জু লোইশিনবা
ঐগী ইতীক চাবনি,
ননাই ঐহাক চচ্চরে।

তরুবী— মতীক চাবা মপুগী
মতীক চাবা মনাইনি,
চৎলো চৎলো চালাম্বা।

(চালাম্বা চৎখি)

নোংম্রেন — ( হরাওনা নোক্কুনা )
নোংম্রেন নিংথৌ হায়বা,
নোংথাং লৈমা তরুবী।
নত্তবরা লৈমরেল।
তরুবী — মানি মানি নিংথৌরেল।
( অনীমক ফাক ফাক নোকমিন্নৈ—
চৈশু পাল্লোইনদুনা থক থক নীরক্না
তোলেন লাকই )
তোলেন— শানৌ শিঙ্খো'ঙ অতোনবা,
কদায় নোংম্রেনখোম্বদি ?
তরুবী— অচ্চা, হন্নু মতোয়বা !
থূমন নিংথৌ ননিংথৌ,
য়াইফরেনগী য়াইফবু
কোলোয় মিংলেন ফানবদি
নক্ক কুম্মিংবরহে !
নক্ক কুম্মিংবরহে।
তোলেন— হা হা হা হা, ইনিংথৌ !
নোংম্রেন মাবু ইনিংথৌ।
( মডক হাইরম্লগা )
লৈপাক মীয়াম ঐখোয়গী
নীংবা ইনীং থুংহনবা
মাবু কৌই ইনিংথৌ।
মীয়াম ঐখোয় পুম্বগী
নীংবা ইনীং থুগাইবা
মাদি নত্তে ইনিংথৌ।
ওহবদি তুক হায়যু—
কবিগীনো মহাক্না
লৈপাক ঐখোয় থাইমক্না
মুংশিরিবা নিংথৌবু
য়োংশিলং কলাং খনবদে ?

তরুবী— য়াম্বুং য়াম্বুং য়াম্নবা
ইনাও-ইনাও থিম্নবা,
অঙম্বনা পাম্নবা
নিংথৌজাগী শাজৎনি
হন্নু করি নশিন-লৈ?

তোলেন— অঙম্বনা পাম্নবা
নিংথৌজাগী শাজৎনি।
ফরে তোক্লো মাত্নু
নখোয় নিংথৌমচাগী
শাথীরবা শাজৎনি।
করিগীনো তুক হায়রু—
মপা ঐবু য়োক্নবা
লম্লেন ইকোপ কুপ্তুনা
লৃথুম-লাংথাকচরিবা
ল'ঙ্গুদ্রবা ইচাবু
ঈরাৎননি ফাবদে?
অতোনববু নোইহৎপা
য়াইতম্ববু য়োকখৎপা
মহাক্তুবু নিংথৌরা?

তরুবী— অমৈ মাঙ্বা য়াওদনা
অমৈ চাউখৎতরবা
তাইবংপান্নি খওঙ্হে।
নচাবু ঈরাৎনি
লৈম নিংথৌ অনীনা
যেক্ল ময়াঙ্গী চমথুনা
খুয়া তুশিং পানগনি।
খঙ্লবরা হন্নুবা?

তোলেন— করি তরু কৈদৌবা!
লৈমা নিংথৌ অনীগী

হেক্ক ময়াঙ্গ চম্নবা
লমজ্ঞা—চাবু ঈরাৎপা !
অদু ওইহিক্লবদি
পোক্লাই শিনাইদবগী
তাহবং মালং পানসিদি
অচৌবগীদমক্তা
অশোন—অনা—অনংনা
য়ুম্নি.বিবা তারবা !
নত্তে মাদু নত্তেকো—
অকনবনা 'শোনববু,
অচৌবনা 'তোনববু
ভাবশি কন'বত্রবদি
মালেম লৈকোয়বুংসিদি
মদু চাউবা হিংচাবা
খুজিল পানবা শশিংগী
শান্নকন্থং ওইখ্রনি।
অ'সগুম্না মফমদা
অঙীং অশা থাইগ্রোই,
অমম অচ্চন ন'ইগ্র'বাই,
মতম লৈবা শিনিবা
যেক্ল—ক্লক মৈরীপা
কোবৌ ম'লেম খোন্দুনা
মৈরী পোক্লা চাক্লনি।

নোংদ্রেন— অহল ওইবা মতাক-নঙ্
শোনো চুইদা লাইমম্ভ।
অশোনবম্বু উশিল ওই,
অপঙ্বরু শ'দো'-ওই,
অকন-অশিং কাইহনা
চুক্ক' খুজী পায়হনা

পান্নরিবা তাইবংনি,
খঙ্ মন্নসু খঙ্দেদা।
নত্তবরা লৈমরেল।
তরুবী— মানি, চুম্মী নিংথৌরেল।
নোংদ্রেন— নঙ্গুম্বদি হায়রুম্ব
নিংথৌ ওইবৈ ফিবমসি
চেৎননবা শীন্বদা
'য়াম্বা ইচা থাক্ত্রবা
নোংদ্রেনখোম্বা নিংথৌনি।
ইরাইবক্তা থিন্দোবা
মীরাইথোকী তম্ফা-য়াই,
থোঃমান লেংমান্নবা
ইশেল মুন্নজবদি
অকনবগী মশিন্নি,
অথৌবগী মথৌনি ;
নিংথেম্মচা ওইবগী
হেনফত্রবা শিঙ্গাংনি,
নঙ্গী নশিল করি লৈ ?
নত্তবরা লৈমরেল ?
তরুবী— অচুম্বনি, নিংথৌরেল।
তোলেন— চীংদা কানা শিঙ্জনবা
পাত্তা কুম্না লুথুম্বা,
ঐগী ইচা অদুদি
নশুং- লেংমান্নবরা ?
মানা পুশিন্নরুগা
ঐগী ইপুক থল্লিবা,
মহাক্কুবু য়েংহনা
ইঙৈ-নীকপা ঐহাক্না
তাইবং ওইনা চৎলিবা

মাবু ঈরাৎনগ্রগা
ঐনা করি ওইগনি।
য়াদে, মাবু হাৎকদে।

নোংত্রেন— কানররোই হয়ুবা,
লাডেঙান্দু'মা বপ্তুনা
মীৎমা লাইজা ঈরীনা
মালেম অসি থ্বুম্নু'মু
খয়ুম লাইগী তমগ্রবা,
নপারীবু ফংলরোই।

তোলেন— শাহিং চাবা লমশাগুম।
হিংচা—য়াইতমখিগনু।
মপোক থীনা পোক্লবা,
মথোক কাবকইডদগী
হরাও তয়াম ফংত্রিবা
ইপারীনি, থাদোকউ।

নোংত্রেন— থাদোকনি শোয়দনা
চবাল ওইনা চনাদো।
ঙাস হুমি রাংলিবা
থাবাল থাশি নুমিৎকী
নোংয়'ই চবুক লোনবদা
হুক্কা কোক্কা তোঙাম্না
খয়ুম লাইদা থ'গনি।

তোলেন— থাশি অহিং নোংয়াইদা।
নত্তে নত্তে য়াইতম্বা,
মাবু চবাল থাগনু।
মহুৎ মরেং—শিন্দুনা
মপা ঐবু ঈরাৎনো।
মহাক্তুদি পাখঙনি,

মথোক কাখৎলকপনি।
শারেপ কাবা পুন্সিগী
হৱাও-মুংঙাই ঈপাক্তা
ঈরাক ইহল তমহুনা
ঈপাল্লাংজত্রিবনি।
মান্নী মহুৎ শিন্দুনা
খয়ুম মানা পেন্নবা
তাইবং-মহাও খঙলবা
ঐবু ঈরাং-চবাল থাউ!

তরুণী— তুমিন্ লৈয়ু তানীংদে—
হমু-হনা নঙবুদি
থয়ুম মানা পাম্বিদে।

তোলেন— মনাও 'বুংঙো অতোনবা,
নিংথৌশিংগী মতো-তৌ।
ফত্তববু লাকুনা
অশোন অনা কনথৎলু।
চীংলেনখোম্বা মহাকী
কীচৎ-শাজৎ-তুংইল্লু।

তরুণী— লাম্লোই কনা কনা লৈ?
(ল'ম্লোই গনী চঙলকই)
হমুবসে পুল্লহে।
(ফাহুনা পুল্লি)
কোকফাই শুজা মরকী
রায়া শুজাশুল্লবা
হমু-হনা মানমু
কৈমেন লাঞ্জেঙান চঙখোনবী,
তরুণীগী মমাঙদা
চীংলেন মাবু পনবা শাই।
মমিং অহু পল্ল'দি

নশাদগী নকোক্ত
লৈ—দা কেল্লি খঙ্‌ত্রহে।
হূম-হূম।
চীরোল-চীন্‌কেন—চীল্লায়া
মী িংলম্বা চীংজেন্দু
কয়া পুকচেল চাউত্নুনা
নঙনা মাবু শীংথারি।
তোলেন— মামুক পুকচেল চাউববু
কনা লৈরি পোইরৈদা।
অচুম্বগীদমক্তা
য়াইবি মাঙ্‌বা কিত্রবা;
অতোনববু হক্কম্ন
অশোনবগী মতূৎশিন
শিবা ঙম্বা মহাক্কি।
তরুবী— কৈ-কৈ, মহাক অচুনা
মীগী মতূৎ শিন্দুনা
শিবা ঙম্বা ঙইর'দি
চৎলু, হায়জ-নত্নুনা
মখুৎ তূংবুল পৈরৈ লাক
তাউবা হূইগঙ—থাংত্নুনা
থাশি য়োত্রিভৈসিদা
মাব'সীদা পুরকউ,
নচাই য়াইবি কনবিনি।
যেরুবনি মা এগী
মাগী মম্লায় চম্নবা
খয়ুম মাবু ত্নাই-ন-জ
ঈরাচ্চদোম্নিবনি।
খোঙ্‌কাপ কামজাও হুম্‌খয়ো,

য়াম্বা মনাও তায়'দি
অথাবদা তাজনি।

তোলেন— লুরাংচন্নু অকোক্পা—

তরুবী— অচ্চা, মাপুম্বনমু!
(লাম্লোইদগী থাও-শংলি)

নোংত্রেন— (থাম্মহুনা) ভাইখো কিংগংথিগনু—
লাঙেতান কবী লৈমরেল!
মহাক কনা নত্তেদো
শরাং-লাইকোম্মরম্বা,
অমাই তোলেন হায়'ম্বনি।
ইমুখোম্ব য়েংহুনা
য়াইবিদদি কনবিসি।
(থাঙ্ মুন্দুনা লাম্লোইগী থাঙ্খুমদা হাপচিল্লি)
চংলু, লাম্লোই অনীমক,
স্নথোঙ্দগী মমুম ফাও—
খুদোন লৈতা হন্দনা
মঙক ল'ক্লা ইন্থরো।
(তোলেন পুহুনা চংখি)
লৈমরেন্না মাঙ্দা থা
নিংথৌরেন্না ভুংদা-ইন,
লৈমকোন্দি অপাম কা
মিংথৌরেনগী চাক্তা-কা
পোম্বা কাম্বা চত্নুনা—

তরুবী— পোথানিঙাই ভইদব্রা!
(অনীমক থীক থীক নোকমিন্নৈ—তরুবীনা মাঙ থাহুনা চংপা হৌরকই-থোইদ্ন থাঙ্ পাম্মহুনা চেনশিন্নকই)

খোইস্থু— লেপ্পু, খোঙ্দোয় ছুনখিসু।
খোঙ্কম 'মডং লেঙবদা
য়াইবি মাঙ্লে খঙজৌহে!
( অনীমক লেপ্পী )
নোংজ্রেন— খোইস্থু!
খোইস্থু— মানি, ঐহাক খোইস্থুনি।
পলেম, পম্থৌ, ইপ্রাগী
মংগী মংশং তায়বা
হিংচা-য়াইত্তম-অনীগী
লুরেল লৌবা লাকপনি।
[ খরা খরা চঙ্শিল্লি-নোংজ্রেন
খরা খরা হন্দোকই।
নীংহয়রি করিগী,
নতীক ঙাক্লা লেপ্পুশা।
হক—পায়বী তালোয়গী
শিল্লা ইল্লা শিম্থোকপা,
তরাই তরাই তানবদা
তরা খোক্লা তানঙম্বা
তালোয়তদা তঙ্তাবা,
তানবা তম্বা ঙমদ্রবা
মচীম্মনাও মচাবু
তাশি-তাওই-নদনা
তরাই ঙগোক খন্দোকপা,
নথা পোনবী সুপীনা
খুত্থম চনবা মীপাঙথোক
নীংহয়রি করিপী?
নতীক ঙাক্লা লেপ্পুশা।
হায়, লুরং চত্থু ভিংঙাবী,
হিরী-হীনাই-লাইবানা

নথংলেনবু লৌওনহুন
মুমগাই লাইরা কামহনা
নিংথেম-ঈবু-ঈলাঙচন
তোংজৈ থবুম থাহনা
থৌবুম থম্না থক্লিবী
ঈথেং পাম্বী অকোকশা,
নঙ্না চাশিল্লকপনা
থুমন লৈপাক তুম্লক্লে।
লেপ্পু নীংহম্নগনু
নশম খুদাং থোংহনা
লালু চোমায় কল্লগা
থোঙাও-কাঙ্ক্রুম ওইনগে।
(হোচ্চিল্লওই তুংদা লুবাওবা লোম্না
চেনশিল্লক্লুনা থাঙ্গা কোম্লনা
থোইম্নবু ফাট)

তরুবী— হা হা হা হা হা!
থোইমু হায়বী কংথোইমু
মফুদক্তা লিন্দাউবী,
থোঙাক য়ৌবা তারেদো।
চৎলু, চৎলো লুবাওবা;
কুরাও হংলাক চন্দুনা
কৈশুম শঙ্দা খম্মুচো!
হয়েং থাঙবা নোংজাদা
থাবাল থাশি হুমিৎকী
চৌংথৈ ফীহুপ হুনবদা
মংশা পুংদা পুহনা
খয়ুম থোঙারেপ্পদা
মাবু ঈরাৎথোক্কনি।
(পুখি—নোংজ্রেন তরু য়েংনহনা নোকমিদৈ)

---

## ৪শুবা উৎপা

### ফোরুংবা চীংথক

**মফম—চীংলেনগী মরানয়ায়**

**মতম—অহিং।**

[ য়ুম অসীগী অকোয়বদা শা-কৈ চঙ্বা ঙমদনবা চাউব-চাউরবা উশিংনা খুবক হাঙদনা বাংনা থারী—মাঙ্গোনগী ফক্লাং ময়া ময়াদা ফমুং অমমম থাই ; অমনা চীংলেনগীনি, অতোপ্পা অমহুনা হেঞ্জ্গীনি—অপাম্বীগীহীপ্পফম কাগা চাকখুম কাগস্থু মথং মথং লৈখ্রি - য়ুম অসীগী নাকন্দা পাকথন্ খন্থনা মীনা লৈনবা কা খরস্থু লৈ — য়ুমগী মমাঙ্দা উগী পম্বুংদা থোইদোক্লা পাক্তবা শুমাংঙ অমস্থু লৈরি য়ুমসীগী মাঙ্গেন্দা ফমহুনা থোইবগা হেঞ্জ্গা বারী শা'রি—থোইবগী অশোকপা মথোঙদা ফি য়েংলি ]

থোইবা— পুক্নীং লৌশিং ওইনবা
অহুক হায়রবনিকো।
মচীন্থীবা মীথিঙ্গায়,
হীগায় শূবা হায়বদো
ইয়াম্বা'স্রম ওইখ্রগে।

হেঞ্জ্— 'য়াম্বানবু এঁডোন্দা
ওইদ'ঙ ঙ্বা হৌনব্রা'
ওইরমগনি শোয়দনা।

থোইবা— স্নাকোম্নুংদা লৈরিবৈ
নিনফুং-নিনফুং তাঙখি—
লানচাক থাঙবা চাহুনা
শরি নমুং তৌহনা
মহাক, নতোন 'বুংঙোগী
মমাই ওইখ্রে হায়নস্থ।

ইমীৎমক্না উজখি—
নতোন 'বুংঙো নোংজ্রেনগী
খুৎপায় চেংপা মদাইরেম
লুরাওবগা মহাক্না
চীক্না বারী শাখিবা!
লুবাওবনা ঐবুস্থ
নোংজ্রেন খজু হায়ত্না
হৌজ কয়া খেল্লম্মী।
অসিননি ইবুংঙো।

হেজ্ঞ,— ননাও লোইনা খঙজবে
পুককন্তবা মীগীদি
হীদাক লৈতে হায়ত্নি।
( অপাম্বী থোরকই )

অপাম্বী— পাম্বী 'বুংঙো অনীমক,
মথেল লুকোয় খেলহোরে
চীদম্নুরো নখোয়'নী।

হেজ্ঞ,— 'যাম্বা চংসি, চঙঙসি
তর' চীন্দম্নুরসি।
(পোইবা শেংকো শেকো হেজ্ঞুগা চঙখি অপাম্বী কোকশেং শেংলিবা ফি লৌখোক্নুনা ফমুং ফানুং কন-থোক-খোস্তোক্লি - মপান্দগী চীংলেন চঙলকই, থাও তা কক্লা দা ঙাহ্নুনা থম্মী)

অপাম্বী— কদায় তাম্না লেংলুরে?

চীলেন— চীংখোঙ চীংয়া য়েংকরে।
ইনাও নোংজ্রেন খোম্বগী—
হুয়াম্লান্দ-নবম্বা

অরোনবা মী পুম্নমক
চীংখোঙ চীংম্না য়োবফাও
থাপ্পা তাম্না তানখায়থ্রে।
ঐদি ঙসি, অপাম্বী,
মীৎশেং থাঙবা থোক্লরোই।
কোরৌ শাংনা রাবনা
পৃথীৎ থীৎলে হকচাংসে।
ফৌবোল তাঙুম তুমথুন-তান
পোথারগে ঙসিদি!

অপাম্বী— নীংঙাইদনা চেপ্লিয়ু
ননাই মীৎশেং থাঙ্‌জগে।

চীংলেন— নথোয় পুম্বা পোথ'জৌ।
ইরেঙ্‌-ঙমদাই পুদুনা
মৈরাবদো থোকথবে।
(ফমুংদা ফমথৈ)

অপাম্বী— নত্তে, নত্তে ইবুংঙো,
মাবু থাজবিরুদু।

চীংলেন— মানা কৈদৌবদনা?

অপাম্বী— নোংমা, নাবল চনবদা
ইবুংঙোনা চেপলিঙৈ
থোংগী থোঙ্‌বা পায়দুনা
মনা মুম্না য়েংলগা
লোম্না থাঙ্‌লেন শৎলম্মী।
ঐগী শক্তম উবদা
শত্তোক্রবা থাঙদুনা
পাম্রেল উহৈ শোযজিন্নৈ।
মাত্থুদগী হৌদুনা
ঐনা মাবু থাজদে।

চীংলেন— আ—খল্লুসু খল্লুসু।
মানা হৈ-চাম্নীংবগা
নওনা চিংনক্লবগা
মপা চানক্কবলি।
মহাক ঐনা শেম্মীবা
ঐগী মীনি অপাম্বী।
ঐনা মাগী মাঙনবা
কৈদৌম্নুংদা তৌখিগ্রি।
ঐগী মাঙননবসু
মানা তৌফম খোক্লেদা।
অসি রাদি থমখিসি
খোইবত্বু কমদৌ র?
(খোইবা শেকৌ শেকৌ খোয়কই)

খোইবা— ননাই লাইমা শেনফরে,
চখোক-খোত্তোক ঙমজরে।

চীংলেন— মুণ্ডাইরেদা ইদাইরেম,
নঙনা হিংলকপসিদে।

খোইবা— ইরাম্না ইপোং ফারবা
ননাই লমজা ঐহাক্লি!
নিংথৌ মচা য়োইহৈবা,
নৌরা মাগী খনবদা
চাকখরেদা ননাইদে!

চীংলেন— খঙত্রেদকৌ নোংদম্বা।
পারী অপীখক্তুবু
মীহাৎপনা হাৎখরে,
ফাপ্রে, পুনপ্রে খঙদবা,
ওস্তোকইদা নোংদম্বা!
লোইবি চীংশাং অসীগী
লমদম খিবিক শাম্বুংনা

মাবু কোইথি-থিরুম্বে—
খোঙ্গুল লীকম খঙ.খিম্বে।

অপাম্বী— পারী মাগীদমক্তা
অম্বক য়াম্না ঐহাক্না
থম্মোই শোক্ল'লিমদি
মাবু পোকপী ইচেমদি
করি ওইরম্নগনি!
হা নোংদম্বা থাংদকো।

( মতম অসিদা অমাম্বদগী মৈরাবনা মরোল মরি লোকম খঙদনা লাউরকই—চৌংলেন থাঙ-তা পারম্বুনা ক্ষিংনা চেম্বোকথি—খোইবম্বু মতুং ইন্নথি )

অপাম্বী— ( ক্ষিংনা ) পারী, পারী!
( উহৈ অমা চৌক্লুনা হেঞ্জু চেম্বোক্লকই )
চৎলু, নঙগী পাবুংগী
হৈনা মতুং ইন্নুচো!

( হেঞ্জু লীরুং তেন্দোং পুম্বুনা কম্না চেনথি— অপাম্বী পন্দা কাৎলিবা খোঙগী খোঙ.বা পারম্বুনা মুংশা মশী হোন্দুনা য়েডিঙ— মৈরাবনা থাক্লা নোক্লকপা তাই— অপাম্বী নিংদোল চেঙ্গুম চেক্তানৈ – ওাইহাক লৈরগা চৌংলেন লাকপা উতুমা হুরাওবে— চেনশিল্লকুনা কমুং মনাক্তা লেপ্পুনা ও ইহাকং থক্তানৈ মম্নাইবক কত্তুনা কমুং মথক্তা হীপথবে চৌংলেন য়ো..ক্লে— অপাম্বীনা হীপ্পুনা লৈবা উ.র – মাগী

কাদা চঙ্‌খ্রে—ঙাইহাক লৈরগা থোই-
বগা হেজুগা মাঙী শাইনা লাকমিন্নে)

হেজু— পান্না শাথেংনহুনা
তিমেল পান্দম-লাকপদা
"নহাদে" হায়না লাউবনি।

থোইবা— অয়ম শিং-হৈত্তবদি
মৈরাবসে নত্তেকো।
অহানবগী তাথিন্দা
পান্না য়াইবি মাঙ্‌হল্লি।
(মাঙ্গোল য়োৎলে)

হেজু - য়াম্বা পোথাবিক্লরো।
ইদুং অসে শেল্লক্লে,
হীগকমদা চঙ্‌হুনা
শাংথ-য়াতা-নহুনা
থোম্নেন তুমখুল' তান্নুরো।

থোইবা— ইয়াম্বু ইবুঙো। (শোয় মপী হোন্দুনা
লুকথখি।)

হেজু— 'য়াম্বা কৈদৌরবগে
ওয়াং অশোই-নহুনা
নুংশুক মুংজানবো?

থোইবা— 'য়াম্বা করি কৈদৌদে!
হায়জনীংবা অমংং—

হেজু - হায়য়ু কৈত্র চিংনম্ন!

থোইবা— লাইবক করা মহাকুম
শেম্বিরকপা মপুগী
মহুৎ মরোং শিন্দুনা
তোঙ্গকপা লমন্দ
শিংজবন্নু ওমজদে।
নপাবুংম্নু চেপথরে—

ঙসি ইমুংসিদদি
নপাবুংবু খোংগ
হকশেম্নবা ওইনবু
ইবুংঙোগী কমসিদা
ঐবু হীপহনবিয়ুবা।

হেঞ্জু— অহুইদমক ওইরেকো—
লাও—ইয়াম্বা হীপ্নোলাও।

(থোইববু চীংশিন্দুনা হেঞ্জুনা মাঙ্গী কমদা হীপহল্লে।

কৈন্থ চিংনরুগম্মু,
ঐস্থ মীৎশেং থাজনি।

(হায়রয়্মগা হেঞ্জুগী উঙ্গী পন তাম্না চংখিহুনা থোঙ খংহাং হাংদোকই—থোঙ তম্না লাক্লিবা মৈরাবা থংলপ তৌই)

মৈরাবা— মজা'বুংঙো নত্তবা।

হেঞ্জু— মানি, ঐনি ইয়াম্বা।

মৈরাবা— হৌজিক কাওবা চেপ্পমদ্রি?

হেঞ্জু— ওল্লাং-ওনশাউনহুনা
তুম্বা য়ত্রে ইয়াম্বা।

মৈরাবা— ইকাইখ্রেদা ঙসিদি।
পাম্বাহুবু 'য়াম্বনা
হকথৎ তানা হেক থিনবা
খুদক অহু মত্তুদা
তুংলোম থংবা মায়কৈদা
শ্রোং শ্রোং লাউবা মখোন তাই।
পাম্বা ওইবোই নংহুনা
তারোল তাবু লংশিল্লি।
পাম্ব। কৈদি ওইরমত্রে

নপাবুঙ্গুম ওইরম্রে।
লাটবক কবা মরম্না
পান্দমখিবা তাঙ্গু
উজাও'মদা কৈশিনখি।
চীঙৈ অহুমজন্না
তীমেনহুবু শংভুনা
তেমশিঙ্কনকই থোইবনা
ঐবু পান্দম লাকুনা।
নপাবুংনা থাম্বনা
হুনবমক্তি হুনখিদে
কয়া ইকাইথবনো!

হেজঙ্— অওইবনা ওইদশা
ওইদবনা অওইশা
হায়বহুদি ইয়াম্বা।

মৈরাবা— হোইনে মজা ইবুংঙো!
চেপ্পিরুরো থেংথরে
কৈম্বু চিংনবিরুহু।

(চংখি—হেজঙ্ মৈরাববু শেংলম্গ চঙলকই—তুম্লোই থাংলম্বা থোইব তুমথখিবা খঙ্হৌরে—হেজঙ্ লাকপ মাথাল তারহুনা অপাম্বী কম্ফুংদগী হৌগৎলক্লে—মচাবু মথুৎ পায়হুন থরা থাম্বা চিংথোরুগা)

অপাম্বী— মীংকুপ লাহুম শিংজ্রকো,
ঙসি তুম্বা য়াদেকো।

হেজঙ্— করিম্নীনো অপোকপী?

অপাম্বী— মৈরাবসে ইমানা
য়াম্না চিনৈ ইবুংঙো।

হেজু—    খোইবনসু অহুম হায়,
চিংনখোইকো পলেমসু !
অণ্ডইবমক হায়রদি
মহাক অসে ঐখোয়গী
খাঙ্গেশোব্বা মীঅক্নি !
ঐবু পোকপা পহৌনা
পাখং লাকপা হাপতুনা
মাবু শেমীরকপনি।

অপাম্বী—    অহুম অহুম গুইমমক
ঐনা মাবু থাজদে।
মীংনা তোয়না চোংবনে
গুসি ইমুংসিদদি
ইমা'ইচা তুম্মুসি।

হেজু—    থাদ থাজবিরগা
নপাম্বী ঐ লৈজরি
অহিং নোংশোই তুমদনা
মীংশেং থাংজোয়দরদো।
পলেম, তুমখুল জানখিব্রো,
নত্রবদি অপোকপী
হয়েং ইমুং জাল্লগা
যুমগী কুপ্পোম নোম্বদং
য়াম্না চোকথরগনি।

অপাম্বী—    পাম্বী, অহু গুইরদি
জাংলোসসু খেংলক্কে
শজীক থাবা থোয়রক্কে,
ইমা তুমখুন জানঅগে।
মীংকপ মজং তুমগা
নহুং নরেং শিনবিগে
পাম্বী মীংশেং থাংহোলো।

হেজ —   য়ায়া করে অপোকপী,
নিংতাইদনা চেন্নিদু।

(অপাম্বী চংশিনখিহুনা ফমুং মথক্তা হায়ত্তম হীপখধে—হেজ, মাঙোন্দগী কুমখধরে— লৈনরিবা য়ুম্‌হুবু য়েং-ওইননা কোয়খরে—মত্তমসিদা মৈরাবা য়ুমগী ওইরোমখংবা মায়কৈদ বাশাং অমগী মপাক্কা পন অহু কাররক্রে মহুগী মতেং লৌহুনা পন্থক্তগী চোংখরক্রে—, কোয়েং য়েংলম্লগা অপনবা লৈতনা মাঙোল তম্না প্রপ প্রপ চঙশিল্লক্রে— ঈচুম তাফমদা লেপ্তুনা য়েংরদা তুম-নখিবা মতৌ উরে—নাশোন পিক্কা থোঙ তাম্না চঙশিনখিহুনা থোঙবাদা মনা নপ্তুনা তাক্রে—থীন্দনা থাঙ শং-তুনা অপাম্বীনা হীপ্পিবা ফমুং অহুদা হোচ্চিল্লক্রে—মখুং য়েংনা থাঙথোক্তা থুহুম চেংনা পায়রগা শাম্বু কন্না অপাম্বীগী থবাক্তা থিক্লে—অপাম্বীনা "ও" হায়না লাওবগা থাঙ শম্ভোক-পগা মায়হুনা থোইংনা তুম্লিবা ফমুং তায়া হোচ্চিনখ্রে—হেজুস্থ য়ুম অহু কোয়রুবদগী তুমাং ময়ায় য়ৌরকপদা তাইরি "ও" লাওবা খোঞ্জেল তাবদা য়েংথোরকপদা মৈরাবনা থোইবা তম্না চেনশিনখিবহু উঙৌই - "পলেম পলেম" হায়না হেজ, চেনশিল্লকই—থোইবহু খোঞ্জেল অসি তাহুনা কিক্কক

হাইদোক্লকপদা মৈরাবনা মঙোন্দা থিনগদবগী থাঙ, পাম্নবা মথূৎ অহু থাঙৎপা উরে—হেক হাইথৱকপগা মশাহু লৈথোকতুনা মথূৎ অনী চঙনা মৈরাবগী খুজেঙ, কম্না কারে—ম.থাঙ ওয়থংবা থুপচিন্দুনা মৈরাবগী শেপ্রাক্তা লৈজবা মথৈ কম্না কাউরে—মৈরাবা থাঙ থাদয়ম্লগা লৈমায়দা তুপ্রে— থোইবনা থাঙ খুনগন্থ্রনা' মৈরাবগী থজীন্দা থিল্লে। চীংলেম ফিংনা চেন্তোক্লক্লে )

চিংলেন — কম্নি থোক্লে! কৈদৌরে।
( অপাম্বীনা ফ্রৎ-ফ্রৎ শুনবা উত্থুনা )
মাঙ্গা নীংবী, অপাম্বী। ( চেনশিল্লক্লে )

হেঙ্গু — পলেম, পলেম অপোকপী!
( মমাগী মনাক্তা চেনশিল্লক্লে—চী'লেম্না অপাম্বীগী মিহুল থাহুন য়েংলে— থোইবসু চেনশিল্লক্লে—চীংলেন মায়-থোঙ লাওশিন্না পিগী ঈরা চেন্দুনা অপাম্বীবু মথোঙদগী মকোক্লাও ফিনা কুপশিল্লক্লে—হেঙ্গু নীংবা কায়রবা খোঙ্জেল্লা )

হেঙ্গু — পলেম, পলেম অপোকপী!
( মমাগী মথোঙ কোন্দুনা লৌম ঙঙুনা হাইথপ্রে। )

---

# চেঙবা উঁৎপা

**মকম—খেল অমা।**

**মতম—অহুক।**

( খেল অসিগী অতোপ্পা মকম অমদা অপাম্বীবু লৈরোম চন্‌গদবগী য়াম্না কন্না হোৎনরি—হেজ্‌ংগা থোইবগনা কাই পুত্নমা কুন্দম তান্না চৎথ্রি - ঙাইহাক লৈরগনা অতোপ্পা-মায়কৈ অমরোমদগী অঙাঙ্‌ নৌরানা তেংথাবগী খোজেল অমা তারক্লি )

**তেংথাখোল**

তাম্‌ তাম্‌ ইমা লুংশিবী
তাম্‌থ্রে-তাম্‌থ্রে—অপোকপী।
তান্না তান্না ওৎতরে।
তন্দা — লৈচীল পোমায় তুত্নুনা
কোবৌ মালেম খায়বদি
তাইবং থন্নায় তাক্লকম
তায়ফম্নি তাকপোইদো।
( তেংথা-তেংথারম্বুনা তন্দা খেল অসি য়োৎক্লে - হায়রকই )
ঐগী পলেম লুংশিবী,
নঙ্‌বু উজনীংবনা
পামেল উনা শায়ত্নুনা
চীংগী লৈতুম চীকত্নুনা
যনা চক্লা থাঙ্‌লকপা,
কোয়না কোয়না চেন্দুনা

## পাকেন পালেম কৌরকথা

লোইয়-মাঙ্গে অপোকপী,
নঙ্.বু কৌবা ঙল্লক্লে !
ইস্.— !

( হায়না শংদোক্নুনা
মথুং অনাবত্নু নোমহনা )

অয়ো, অয়ো ইমা !
অয়ো, ইমা ইবেম্মা !
ৰারেদকো অপোকপী !

( হায়হুনা কোইচেল চেল্লম্বদগী
হৌরিবা উঙ্গী উখাদা তুথংগ্র ।

কৌখিনি—
পলেম নঙ্.বু কৌখিনি—
চেক্লা অমা ওন্দুনা
য়াইবি মঙা অসিনা
খোম্থাং মঙা ওইহনা
তাম্.—তাম্. হায়না তেংথা-ন
পলেম নঙ্.বু কৌখিনি !
তাম্. , তাম্.—,
মুংশি-বী ই মা !

( থোইবা তাহনা কোয়েং-য়েংলগা )
ইঙক ঙক্লা কৌরকই

থোইবা— তম্ফা ! তম্ফা !
তম্ফা— তাম্.— ! তাম্. !
মুংশি-বী ই মা !
থোইবা— ( উরহনা ) মনাও ইবুংঙো,
নপাৰী, তম্ফা লৈরে !
তম্ফা, তম্ফা !

(হায়তুনা চেনশিন্দুনা মতম্বাক্কা পম্থৎত্রে)

চীংলেন— তন্ফা, তন্ফা?
(হায়নুনা চেঙ্গোয়ক্লে—মনাক য়োঁখয়ে)

তন্ফা— তাম্—তাম্!
মুংশি-বী ই-মা!

চীংলেন— তন্ফা, ইপায় য়োইহৈবা,
করিগুমীনো নহাক্না
অতুক শোক্না নথৱাই
তাম্-তাম্ হায়রিসিবো।
তাম্নগনি করিগী
ইপা লাক্লে লাওনেহে!

তন্ফা— তাম্—, তাম্—!
মুংশি-বী ই-মা!
(লেকথত্রে)

চীংলেন— ছিঃ!
(খোয়দৌগী মিহুল পায়হুনা য়েংভি)

খোইবা— তন্ফা?
নিংথৌ মচা য়োইহৈবা,
তাম্-তাম্ হায়না পলেপ্নু
তেংথা-নাওইরম্নগা
তাইবং মালংপান্দগী
তাম্নত্রনে ইবুংঙো।

চীংলেন— ইপায় তন্ফা য়োইহৈবা,
করিগীনো নহাক্না,
নথৱাইদু শোক-মথৈ
তাম্-তাম্ হায়রম্নিবো।
তাম্নগনি করিগী
ইপা লৈপ্মি লাওনেহে।

( থোইবনী তম্পাক্তগী ভক্ষাবু
পম্‌থংলে )

অমুক্তংগা কৌরমখো—
নঙগী তাম্‌-তাম্‌ হায়রবা
চিঙ্গরবা খোঙ্গেনগী
তাংথক নাইড্রে' ঈপোম্না
তাইবং-খবাই পুম্বগী
থম্মোয় ঈবায় হন্দুনা
পলেম-মুংশি ঈপাক্তা
মালেম পুম্বা তাউহনসি।

( মতম অসিদা উত্তুগী উতোন্দগী—
তাম্‌ তাম্‌—!
তাম্‌ তাম্‌—।
তাম্‌— —!"

হায়না খেংলকপগুম চীংলেম্না ত'রে )

চীংলেন - ঈরায়রে—
মমা মুংশিজবগী
কম্ন ঈহৌবব্লবা
মীৎকী পিগা ঈরীনা
ঈথক ঈপোম চাউনা কা
তাইবং পুম্বা ঈবায়রে।

পারী নঙগী য়াইবিনা
চীংমুং চেক্লা ওইতুনা
লোইবি চীংগোল কোইবোকো।

কোরৌ ইমুং খাক্তনা
চেক্লা কোয়পাই পাইতুনা
তাম্‌-তাম্‌ হাযবা খোঙ্গেম্না
তাংথক ঈপোম কাছুনা
চীক্ল চীংমুং মীলহৌকো!

পাম্মফমগী তাইবংপান,
তাম্মা তাম্মা তেংথাক্কম,
থবাই-মিরেল তাক্লফম্ম ( মাঙ্নকম ),
তাম্মফম্মি তাক্লম্বা
চেক্লা নঙগী কোলোযদি
"তাম্মা" হায়না মিংথৈগে !

[ চৎকে হায়হুনা মমায় লৈথোক্লকপা মতমদা চালাম্বা, কোবনচিংবা নোংত্রেনগী মনাই মযাম থুংলরে ]

চালাম্বা— হা হা হা হা হা।
মনাও 'বুংঙো পাঙ্গনবা,
লোইবি চীংশাং খোনববু,
চালাম্বনা ঙসিদি
য়োম্হিলং খনবা তাবেদো।

[ থোইবনা তম্ফাবু লৌবে—বোবা তম্ফানি খঙহুনা মুম্মা যেংলি।

চীংলেন— হা হা হা হা হা।
মুঙাইরেদা চালাম্বা,
নতীক কবি লৈদনা
ঐবু যোম্হিলং চনবদে

[ হেঞ্জু লাক্লুনা যেংনম্লগা চিটৈ চেনখি ]

চালাম্বা— খঙগদবা কুইররোই,
ঙাইহাক পুঙ্গোয় মঙায়রে।
লুরাং শোইরাং লৈবাক্তী
তেঙ্গোল অনী পুহুনা
ইতীক চাউনা লাক্লিবা
নোংত্রেন খোম্বে মনাইবু
থিংবিদ্রোবা, কনানো ?

চীংলেন— [ নোক্লুনা ] নবা তাবা মুংঙাইদা।
লুরাং মোইরাং অনীদি
লায়বু লায়রি চালাম্বা
পোইরৈ লমদম পুম্নমক
লাক্লবস্থ চুপ্তুনা
চীংলেন ঐবু ফাবদি
তবাই তরাই খোক্লোইকো।
খল্লবদা মুঙাইদা—
করিগীনো ঐহাকপু
নঙনা ফাদৌরিবদি ?
চালাম্বা— করি থৌগী ওইগনি—
পাম্বা মচা য়োকপগা
যেক্লবনা হিংবগা
ঙমতনি, পাংখক্লি।
লোযবঙ শিঙখোঙ, ওইবগী
য়াহবি লৌদৌরিবনি।
চীংলেন— হা হা হা হা হা !
নোক্লববু ঙম.দদা !
থৌখঙলবা চীংলেন্না
মাগী হকস্থ নত্তনা
নিংথৌলেনগী ফম্বান্দা
লোয়রঙ-শিঙ্খোঙ ওইবকো !
কেগে ফম্বাল ফম্লেনবু
ঐনা মিঙৌববদি
শাগী শারাক তম্নফম
লোইবি চীংগোল অসিদা
কৈদৌনবা লৈরুনি।
শাগল হংলাক চন্দুনা

থৃত্নম চেৎনা পাম্নরবা
ইন্নুম থুনম লৈকককপু
লৈবাক কনা তাইনদ
নোংয়াই চবুক লোনবদ
করি থৌগী চীংলোম্না
লোম্না থাদোক্লকনি।
থবাক 'ম্নকুং থুত্নবা
লাল্লাউ কন্না লাউবদা
চীংমী তম্মী পুম্নমক
চীংলেন শ্রীগীদমক্তা
চেমকতৌবা নত্তরা ?
কাম্নরোইকো চালাম্বা,
অরেম্বদা শিজনি।
মাত্নইদমক শুইর'দি
নবুংডোদা তমজক—
চীংগুম্নবা চীংলেন্দি
চীংলেম্বগীদমক্তা
মাগী ফংফম থোক্তবা
ফম্বান যম্লেন পাম্বদে।
অত্নু নংহীক্তবদি
য়েক্লবদা য়ানাইবা
অতোনবদা য়াপঙবা
চীংলেন-খোম্বৈ থাঙ:লন্দা
লালু চোমায় কেঞ্জনি।

[ থাঙ, তা পুত্নমা হেঞ্জ থুংলরে ]

চালাম্বা— কুইথত্নমা কাম্নত্রে।
ইফ কনা লেঙ্গেরা
লানগী থৌরাং তৌগেরা
অপাম্বা'মা থনবিম্নো।

চীংলেন— লাইমা মুন্তাই চালাম্বা,
মহাক নীপা খোকইহে!
চংলু, মাঙ্দা উঙ্গিবা
নিংথিরবা খেল'সিদা
নীপা খোক্না য়াম্রি।
চালাম্বা— য়াম্না কবে লেংলক্রো।
( ময়াম চংখি—কোথজি থম্না চংজবা লোত্ত্না লৈরেৌই )
রেনু— ইপা 'বুংগো অপোকপা,
নচাই কৃষ্ণ য়েংঘনা লৈখিবু।
নমাঙ থানা চঙ্হ্না
জানগী লাইবুং মথক্তা
হুইরেল কাঙ্লোন কাঙ্হ্না
থাঙ্লোন—তারোল্ চোঙ্হ্না
'মুক্তা খোঁশাজগেবা!
নপাগীদি হেক্তুনা
'মুকী মতীক হৈ-হৈত্তে
সনা মীথয়েং তাবিবু।
চীংলেন— নপা ঐহাক লৈরিত্তে—
কয়ম হায়না নহাক্না
লানজঙ্ মাঙ্ঙইনগনি।
লীকমন তাবা খূলকউ
লৈমন তাবা জিল্লকউ।
য়াসি তাইবং লোনচৎনি।
রেনু— সনা মীৎয়েং লাকপিবু—
চীংগী ইচীন-ইনাওশিং—
তেম্বাংবিনি হায়হনা
লোইনা হুপ্থরক্লসে।
শিঙলরিবা লান্থমসী

ঐখোয়না হেক ঙম্বদা
কেগে লান্দা-নবগী
হোদোক্লরে মরোনস্থ।

চীংলেন — (শাওরপ্পা) হেক্ষু,
নৌবা নচীন্দুদগী
অন্তুগুম্বা ম্নাকস্থু
ইনাকোংদা ভাহল্লি।
করিগীনো নহাক্লা
নঙগী হকস্থ নত্তনা
কেগে কঙ্কাল কম্নেনবু
কল্লক মিহৌকরিবা।
চংলু, নঙগী পলেমগী
মংশা চনবা লোইশিল্লু।
(হেক্ষু চংখি)
কমদৌসিবা ম্নাঙ্রেদা!
থোইবা, করম তৌসিগে?

থোইবা — সনা নোংদম ভম্বিসি।
মপুগী মাঙ থাম্বনা
য়াইবি মাঙ্গে তেমশীংবা
ননাই লমজা মচানি।

চীংলেন — নঙ ঐ নৈনা করম্না
নিংথৌমচা অসীবু
মপা মপুই মংশাদা
তিনহন্দনা তোকসিগে!

থোইবা — নোংদম্বিবা নয়াথং—
ঈকোক খোংনা য়াজরি।
তাকপিদৌবা তাকপিম্নু।

চীংলেন — নহাক লানসে য়াওরক্ল
ভন্দা মাবু পুম্বনা

কেগে লম্মদম পাংখৱো।
মপা মপুই মংলেন্দা
লৈতাই গুংদাইবিরুৱো।

(চীংলেন থাঙ-তা পায়হুনা চংখ্রে—থোইবনা ককাবু পমহুনা অয়োনবা লম্বী পাংখরে—কোবা থোইবগী মতুংদা থাগুক্না লোম্না ইমগ্রে—চীংমী মৱামস্থু খেকা লাউখোংহুনা লানফম তান্না চেনশিনখ্রে—লানগী শালাউ-লাল্লাউ, থাঙ-তা, রৈথায়নবগী মখোল তাম্লে—হেগু চেল্লকুনা লৈত্তোং অমদা কাথত্তুনা য়েংলি—ওাইহাক ওকচা-ননা য়েংলম্বদগী মায়খোঙ মকা লাম্না হৱাও মুংঙাইবগী মীনোক্না হৌনা নোকখোক্লকই—পোংয়োম অমা পায়হুনা তোলেন থুংলরে)

তোলেন— চীথান য়ান্নী কংলবা
ৱানরবা মতমদা
অঙাঙ, কপ্তি-কপুনা
করিগীনো নোক্লিবা?

হেগ্রু— কৈদৌনবা কপ্লনি।
হৱাও-মুংঙাইনবগী
পোক্লিবনি তাইবংনা
তাইবংপানবা অশিদা।

তোলেন— হৱাও মুংঙাইনবগী
তাইবং-মীনা তাইবংদা!
নক্রে মাহু ওইদবে—
লোইনা তারোম্লথরে।
অন্নাবনা মতারদা
অনৈবনা ময়ায়দা

তোকপা নোংজ্রেমখোম্বনা
কংলা ক্বাল কাপ্রে-হা।

হেজু— লোইনা তারে ইপক্কো।

তোলেন— হায়য়ু অঙাঙ্ ইপন্দা,
চীংজেনখোম্বা খঙ্‌বরা,
মাগী লৈকম কৈদনো?

হেজু— করিগীনো ইপক্কো?

তোলেন— অঙাঙ্ ভুকা খিগন্নু
হায়'দা হায়য়ু কৈদনো?
(য়েক্লবা ময়াম ভানখাইরুরগা চীংলেন লাকপা উয়ে হেজু্না)

হেজু্— য়েংউ, আদৈ নীপাসে—
য়েক্লবগী তেঙ্গোনবু
লোইনা চাইখাইরগা
খোঙাক অশিথেন পুবা
খোঙায়েন্‌শুম লাক্লিবা
চীংলেম্নবা নীপাসে
শক-খঙ্‌বরা ইপক্কো।

তোলেন - মানি মহাক চীংলেন্নি,
মায়গৈসোমদা লেংলক্লে।
(চীংলেন য়ৌরক্লবদা)

তোলেন - মনাও 'বুংঙো পুক্‌ফবা!
(খূরুম্মী-ওকই)

চীংলেন - শবাং লাইকোম্বরম্বা
'য়াম্বা তোলেন নত্ত্রা?

তোলেন— মানি ননাই তোলেন্নি।

চীংলেন— (হেজু্দা) পাম্বী 'সীদা কৈদৌরি?
ইপা ইচা চঙ্‌ক্লা
মৈয়াবিগী মপান্নু

মালেম নৈঙোল চন্নুসি।
ইপা লাকে চৎলয়ো।
(হেক্ চৎখি)
য়াম্বা করি হায়নীংবা?

তোলেন— 'চাকপা মৈচাক খিবিক্কে
খোইনা হেন্না চাক্লবা
ইচাই-মৈনা চাক্তুনা
সনা খুন্না খাহুদা
খুরুমজগে লাকচরি।

চীংলে— হাকয়ু ভাসি ইয়াম্বা।

তোলেন— ঐগী 'মতা ওায়জব্রা
ইপারীবু কন্দ্র'দি
চীংলোন মাপন লান্নহুম
কোলোয় মিংথৈনরবা
চীংলেম্নবা চীংলেনগী
কোলোয় মহাম তাগনি।

চীংলেন— অপাম্বহু হায়দোকউ।

তোলেন— য়াবিগদ্রা য়োইহৈবা?

চীংলেন— অচুম্ববু ওইব'দি
কৈদৌনবা য়াদনি।

তোলেন— করি খোগী ঐনদি
অরানববু হায়গনি।
য়াইফ-চেনবা নহাক্তি,
নিংথৌরেনগী মনাওনি।
ননীংতন্না ফিরোই-হেগং
নথা তন্না চীঙাক-ফা
মীওই-পোকী ফুঙাইথা
খুৎম্‌,ফংথিক্লনি।

তোলেন ঐপী ইচাদি
ফিজেৎ য়েংই ফিথুংদ
চীঙাক য়েংই কৌরবা
মুংঙাহ মশক খঙিব্রা
মথোক কাবা পাখঙ্নি।
পাখঙ মাবু চাউহনগে
অক-মুংঙাই ওইহনগে,
পোকপে মহৈ য়াম্দনা
য়ানা চাক্লা লোমহনগে
সনা খুত্তা লৈরেদো।
চীংলেন— মাগী মুঙাই-য়াইফবা,
হয়াও তয়াম পুম্নমক
ঐপী খুত্তা লৈরবা!
অহুবুনে ইয়াম্বা—
( মরা লুকথৈ )
তোলেন— অঙম্বনি খঙনবু
হায়ফম থোকই হায়বনি
তাকফম থোকই তাকপনি।
তাইবংপানবা অসিদা
অকনবনা, অশোনবা
অচৌবনা অতোনবা
কনবৈ পথাপ লৈত্র'দি,
তাইবং মীগী লীচৎনা
শাপী ঙাপী মতোঙম
অঙম অঙম হাত্তোক্ল,
য়াইফ চেনবী মালে·সে
অত্তোন-অতাংশিংভগী
লৈত্তাই-নকম মংশাপুং,
ওইহৌরগ হায়র'দি

শিগ্ৰসন্থ ইচাস্থ।
শারেন্‌ক্ৰমদা জেন্দুবা
মীহাৎপগী থাংলেম্না।

চাংলেন— লন্‌গী মরম নত্ৰ'দি
হায়ৰু কব্বি শাম্বগে।
ইশা তীজেন-লাইচেঙ্গি
তিঙ্‌গা-লিনগা ভাইওইরি
থাঙ্‌লেন খুত্তা পায়ত্নুনা
অতোনবগীদমক্তা

শালাও-লাল্লাও লাউত্নুনা
থাঙ্‌গী জগোয় শান্নগে।

তোলেন— থাঙ্‌গী জগোয় শাদোবা
লালগী লাল্লাও লাউদোবা
থোরম নত্তে শাজনগী।
মীন্নুংশিবু চাউরবা
পুক্চেল অত্নুমক্তনা
পাঙ্গদোবা থোরমনি।

চীংলেন— চিংনদনা হায়দোকউ,
ঐহাক হৌজিক শেমশারে।

তোলেন— নহাক্‌ হৌজিক শেম্‌শারে!
য়েংউ অত্নু ওইর'দি
(পোৎয়োম থোক্নুনা ঊংলি)

চীংলেন— ফাননবা য়োৎহ্নিলংগা
চিংননবা হুইগৎগা
করিগীনো ইয়াম্বা?

তোলেন— নখুৎ তুংবুত্নজা
শ্রো শ্রো লাক্না চিংন্নবা!

চীংলেন— ঐবো।
তোলেন— উম্‌—!
চীংলেন— ?
তোলেন— অতোনববু কব্বা।
চীংলেন— করম তৌনা ইয়াম্বা?
তোলেন— হুঁ-হুঁ! মনাও ইবুংঙো,
ননাই তোলেন তোনবগী
অমতংদা ঙাইজবা
তাঙ্‌না ফংবা ইপায়ী,
কোয়ৌ নোংদোল লৈমনা
হুমিৎ থাবু কোনবগুম
কোঞ্জরিবা মহাক্তো
ননাও নোংত্রেন খোম্বনা
ঈরাৎমবা ফাথরে।
চীংলেন— তাইবংমীবু ঈরাৎপা!
তোলেন - হোইনে মনাও ইবুংঙো,
"তাইবংমী'মা ফাহ্নবা
ঈরাৎ চবাল থার'দি
য়েরু-ময়ায় চমগনি
নিংথৌ খুবম চেৎকনি"
খঙ্গুম মানা ফাওরে-হায়।
চিঙ্ক্‌ মপাউ তুংইন্না
ঈরাৎ-চবাল থ-নবা
ফাবিখরে ইচাদো
মীহাৎপনা নোংত্রেনগী।
ইচায় মৈনা চাকপনা
তুজকরে নোংত্রেন্দা,
সনা য়াথং তাউথ্রকই
''নিংথৌ ঐগী য়েরুবা

য়াম্বুং চীংলেন খোম্বনি।
মাগী মরায় চায়-নবা
মীবু হিংনা কক্লুনা
ঈরাংবদৌরিবনি।
মথুং তুংবুল পরৈ-লাক
তাউবা হুইগং থাংহনা
মাবু চিংলক্লবদি
নচায় য়াইবি কনবিনি।"
অসি হায়না তাকপিরে।
মচা ওইবৈ মফমদা
তৌফম খোকপা মপানা
পাংথোক্লবৈদমক্তা
অচুম্বতা চৎলবা
অতোনবরু কল্লবা
চীংলেনখোম্বা ফারগা
নোংজেনখোম্বা নিংথৌদা
কৎনবা লাকপনি।
খোঙ্গৈল ইন্ন। মতমগী
চীংলেনখোম্বে পুকচেম্না
হোংলমদবা খোক্ল'দি—

চীংলেন— "হোংলম্নদবা খোক্ল'দি!"

তোলেন— কন্দনীংঙাই করি লৈ
পারী মাগী মথরায়!
রাখল চাউনা খন্দুনা
হরাও মীনোক তমহনা
চঙ্জরক্লি চীংলেন্দা।

চীংলেন— করি হায়বা ইরাম্বা,
চীংলেন ঐগী ঈখেঙ্না
ঈরাং চবাল থারগা

য়েক্ক ময়ায় চর্মম্বুনা
নিংথৌখুবম চেন্ত্রোবা।
মুণ্ডাই য়াইবি ময়াঙকায়
লৈপাক ময়া তপ্প-পান
থুমন লৈপাক মীয়াম্না
ক্ষুংণ্ডাই শরুক ফংদোবা!
তাইবংপান্দা পোকপগী
হরাও-তয়াম ফংদ্রিবা
মথোক কাখৎলক্লিবা
পাখঙ অমা কল্লগা
পোকপৈ মহৈ য়ানহনবা।
অসিগীসু মথক্তা
লৈতাই শুংদাই-নতুনা
তীম্না কাঙ্না চীক্লুনা
মাঙগদবা হকচাংবু
চিঙ্ মানা হাদোবা!
হা হা হা হা হা!
তাইবং মীগী মপোক্তা
'সিদৈ হেন্না য়াইফবা
অতৈ করি লৈখিনি।
( খুৎলায় পুন্নমক হন্দোকখ্রে )
লাকও য়াম্বা পুল্লরো,
ঐবু পুরো চিংহুনা।
( তোলেন ইঙক-ক্না মশা পুথা থক থক নীক্না )
তোলেন— মনাও 'বুংঙো মীথোইবা
চোয়নৌ সনা য়াইগুম্ব',

লোয়রবি চীংগুম চীংলেম্বা—

( নীঙ্কুনা লৈ )

চীংলেন— কিন্তু 'য়াম্বা চঙ্-লকউ,
ঐবু য়োংহ্লিং চন্নবো।
( চীংলেন মথুং লোয়হনা লৈ— নীঙ্কা নীঙ্কা তোলেন চঙশিনখিহনা চীংলেনবু য়োংহ্লিং চন্দুনা ওক্সা হুইগঙ্‌ থাংলে )

চীংলেন— চিংলো 'য়াম্বা ঐহাকপু
পুরো শ্রোশ্রো চিংহনা।
( চিংহনা পুবা হৌরক্লে—হেঙ্গু চেন্না চেন্না লাওরকই )

হেঙ্গু— নঙগী নতীক করি লৈ ?
মচায় মাঙ্‌দা মপাবু
য়োংহ্লিং ফলাং চন্দুনা
তাউবা হূইগঙ থাংল'দি
মচা চোংথোক্লক্লগা
য়াইবি মাঙনি খঙরহে!
( য়োরক্লে তেঙ্গৈ তেংগা থোংলে )

চীংলেন— [ ফিংনা ] হেঙ্গু।

হেঙ্গু— পস্থৌ— !

চীংলেন— নঙবু পোকপা পস্থৌগী
নীংবা কায়হল্লগেরা।
চংলু, খোঙদোয় হনখরো
মৈরাবগী মশাদো
লৈরোন-চনবা লোইশিল্ল।
মানা ফত্রে হায়রক্লগা
'খোয়স্থু ফংলম্লুসিরা!

য়াইফ-চেনবী মালেমসে
কল্লক-য়েংথি-মিহৌগী
য়াকা খুন্দিন-পুংওইনা
মানা শেম্বা নত্তেনে।
[ তোলেন্দা ]
য়াম্বা, চিংলো চৎলসি।

হেঞ্জু— ইপা 'বুংঙো অপোকপা,
য়েক্ল কল্লক ঈশৌগী
শৌনা শৌয়োম শারবা
তাইবং মাপ্সং পানসিদা
পলেম পম্ভৌ অনীগী
শেৎন-থাইনা মৈরক্তা
নপারীবু ইদোমদা
করম চোংহৌ হায়বগে।
ঙমজরোইকো নচানা
পম্ভৌ খূয়া থাদোকপা,
নতুং ইমা চত্তুনা
নমাঙ্-থানা শিজবা
পীনবিয়ু অপোকপা!

চিংলেন— ইপায় হেঞ্জু তেলহৈবা।
( নৈলেথোক্তুনা কপ্পা খাঙ্খরে )

হেঞ্জু—! হায়— কারাম চাউবা তমথিবা,
নশাগীতা য়েংলবা
শাথিরবা শারংথোক,
নঙনা নঙ্গী নচাবু
নঙ্বু নঙগী নচানা
নীংজ-মুংশিজবমুক,

ঐনা ঐগী ইপাবু
ঐবু ঐগী ইপানা
নীংজ-হুংশিজৈ-হায়বা
অপাম্বনা মিকাবা
নঙ্দি খঙ্দ-শাব্রহে।
লাক-ও লাওনে মীচোপ্পা,
পুম্মু ঐবু চিংনবা
মমাঙ্ খানা ইপাগী।
(মখুৎ লোম্নহনা হোম্চিল্লকই)

চীংলেন— হেন্থ্রু। (হেন্থ্রু লেপ্পী)
নপা ঐগী ইয়াথং—
চংল্লু খোঙদোয় হুনখরো।

হেন্থ্রু— ইপা 'বুংঙো অপোকপা,
নয়াথংবু ঙাকপদা
খোঁজু নুংগুম কল্লবা
নপারীগী থম্মোয়সে,
পলেম পম্থো অনীগী
কাইন-মৈশা লাংবদা
মহী চেম্লে ঙসিদি,
কম্না ঈহৌরক্লুনা
ঈবায়ররে মীৎলুদা।
'কনবা ঈহো অসিদা
ঈরাক্লবা থরায়না
পিগী ঈরেন তো:র্বান-তম্,
হকপাল লানবা মঙমফাও
নয়াথংবু ঙাকচনি।
(মপা থুকমমগা খোঙ্থাং অমা'নী থাংরক্লে)

চীংলেন— পারী ঙাইখো, ইপাগী—
চীংশূনহা লুত্তেন থাঙ.
নঙ.গী ওইজহৌরোকো।
( হেঞ্জু থাঙ. খুনগৎলি )
থাঙ.লেন অহু পায়হুনা
হকয়জহৌরোকো।
অচুম্বগীদমক্তা
পারী তোম্পোক নহাকস্
য়াইবি থাবা ঙমজহৌ।
নঙোম [illegible] হায়হুনা
কৈদৌনবা বারুরি,
নহাক নীপা নক্তরা।
চৎল্লো৳ [illegible] লৈহৌরো!
( হেঞ্জু মমায় লৈথোকখ্রে )
চিংলো, চৎসি ইয়াম্বা।
( তোলেম্না চীংলেন চিংহুনা পুখ্রে—
হেঞ্জু লৈশিল্লক্কুনা মপাবু মূম্না য়েংজরি—
মমীৎ অনীমক্তগী অতৎ-অথম লৈতনা
মপি শিল্পজরক্লি—মপাগী মশক্লা উবক.ত্রবা
মতমদা )
হেঞ্জু— পম্থৌ—।
( হায়না নীংবা কায়না থম্মোয় ফুক্লা
কৌবয়গা লৌমাঙ.নহুনা লৈমায়থক্তা
হাইথখি )



# ওঙ্গবা উৎপা

**মক্কম—মংশাপুং**

**মতম—অয়ুক্কী য়েনখোং অহানবা।**

( থোইবা য়াম্মা কন্না কোমতৌবা হে'ৎনরি মশা পুম্নমক হুমাংনা পুমচোৎ-চোৎলে—মনাক্তা ফিনা কুপ্তুনা তম্ফাগী অশিবা মশাস্থু লৈরি—থাপ্তনা হৌরিবা উগী মরুমদা কোবা মথুত্তা চৈতুপ অমা পায়হনা য়াম্মা চেকশিন্না লুমহনা লৈরি—থোইবনা লৈতৌবগী হেক হেক লুকথহনা লৈপাক হুনগৎপ' মতমদা অমুক অমুক চেপ্পোক্কে তৌরি—থোইবস্থু লৈ-তৌবা লোইরহনা কোমদগী কাখৎলক্লে—তম্ফাগী অশিবা মশাহু থাঙ্গক্তুনা ফুমগে তৌববা মতমদা কোবা চেপ্পোক্লক্তুনা থোইবগী মকোক্তা চৈতুপ্পা কন্না থারে থোইবা মকোক কায়রহনা খোঙ্গুন তাদনা তুথক্রে—থোইববু কোমদা ইম্থরম্নগা কোবনা তম্ফাগী অশিবা মশা পুহনা চেনক্রে—অস্থুম তৌথিবনা চীংখৈ ফিজুপ হুল্লক্লে— লুৱাওবনা থোইনুগী মশম পায়হনা মংশাপুং তান্না চিংহনা পুরক্লে )

লুৱ'ওবা— পায়মা পাংথোক চামদনা
নুবা থোইনু পুকথেমখো!
মাঙগী কুম্মৈ ফম্পাক্তা
মুংশি শৈহৌ-শৈদমদা
নুরায় শাথেক তুংইন্না
জগোয় পুংলোল য়ৈহনা
শৈরাংজরক্লবনি।

থোইনু— তাক্লি নঙবু মাহনা
থৌ-লৈতনা থৌ-থিবা,

থৌনাইদবা থৌদাংকোক্,
মীচোপ্পনি হায়বসে।

শুরাবো— নূপ্পা নঙ্বু নীংশিংথো—
মিঙেঙাল্লাকপৈ কাংশঙ্দা
চেকফৈ-পান্দম লাক্তুনা
কাংথূল ভরেৎ থোমগৈদা
পেনগ্রহুনা নূপানা
নাপ্পা ভাবী নাচোপ্লৈ
মুংশি খুদোন লানবিখি।
কাইহৌহুনা মরম-ওই
নীংবিরিবোই থন্দুনা
শরাং লাইগী লাইমাংদা
নূপা থোইমু নহাক্না
শাথেক জগোয় কৎলৈদা
নঙ্গী ওয়ত্রায় শাথেকপু
ঐগী যেৎত্রায় জগোয়না
ওক্কে হায়না চেনশিঙ্গে।
থৌগল্লোচৎ কায়বগী
চীংলেনখোম্বৈ চৈরাক্তা
ইনম-শিংনা শামথৈ
থাবুম অহুম চুপ্প-ফাও
কৈশুমশঙদা খাঙ্খিবা
কাউমম্মসু কাউবিদা!

থোইমু— নতীক চাবা নরানগী
মপা চানা বারকখি।
লাইমা পেনখি থোইমুনা
হবাও মীনোক তমহুনা
নোকখি থাবুম অহুমদো।

লুৱাওবা— খোইম্নু খোইচংনখিন্নু
থম্মোয় পোন্দা থুম্লিবা
থানীংত্রবা থরায়বু
থাদনবৈদমক্তা
ঈরাক্কবা মীফাওনা
হকা ফাওবা লাম্লবা
মীয়ম্লেনগী থবায়ান
অরেম্বদা থানীংনু।
থূমন তেঙ্গোল্ল অচৌবা
হৌজিক লৈরি ইথূত্তা
নোংদ্রেন য়াইবি লৌবগা
মপা 'ঙংঙো পুন্সিবা
অমুক নিংথৌ হাপ্পিগে।
চরৈ লাকয়েল্ল তাইবঙ্গম,
নঙ্গী ঐগী পুন্সিগী
লাউঙ্ঙান-লাকয়েন লাংদাইনা
হক্তাইনন্না ঙাঙ্গৌনে।
থোইম্নু— খোয়রাঙ খোয়শাউনববা
নঙগী অকাম-য়াঙাঙশিং—
ঐহাক তাবা ঙম্লক্তে।
য়াবেম থৌরেম শূহ্নুনা
পুন্সি খোয়রেল থোইম্নুগী
অমুক শাংথহল্লম্নু।
কাল্লা ঐগী ইঙকসে।
নীংকূপ'গী মতমফাও
পামজত্রবা নহাক্কী
তুকচরবা শঙ্কুমক্নো
ইমীংনহা অসিদা

তাহন্নিংত্রে মঙ্গিকাও।

লুরাওবা— হায়রা হায়রা হোরৎলি,
ঙাঙ্ঙ-ঙাঙ্ঙ ঙাংজেনৈ
হায়জ-নোঙ-ঙাঙান্না
লুপাম্বোংবু হোইজ'দি
কল্পী-কম্জাও-লিংজেল্লা
খুংলায় মতেং লৌদুনা
পান্দম্লকই খঙ্‌ত্রেহে !

থোইবু— থাম্লগনু লুরাওবা,
খুংলায় মতেং লৌদুনা
লৌয়ো ঐগী য়াইক্সিং।
লমজাওথোয়া চারুবা
'কনবা লৈশ্নে মরক্তা
মতীক মঙম ঙাক্কুনা
মায়রোং য়ানা লেপ্পনা
তলা পামেল উজাওনা
শিগংননা শিবনি
অসি খঙ্ঙু কাম্নরোই !

লুরাওবা— থোইচংনবী নহাকপু
হাত্তনীংঙাই করি লৈ ?
নচীন্দুনা অমা-ঙাঙ
নমীত্তুনা অমা য়েং
নপুক্কনা অমা নীং—
শারমচংকী শাজংনা
নশা খোয়োম শারদি
শরাক্ শানি খঙ্ল্লুনে।
নিংথৌ হাৎকে শিঙবনা

নয়ান লৈবী ওইহুনা
মংশাপুংদা পুহুনা
শয়োইখাঙ্নি খঙ্লকাও
শাগী পুকচেল হোংহিক্তি ?

খোইম্নু— নঙ্গী থাংচৎনরবা
করাম-কামজাও মাঙাঙ্দা
লাচংত্রবী খোইম্নুনা
মীহিংচাগী শাজংনা
হিংচা য়াইতম্নরবা
নঙ্গী থাঙ্লেন ময়াবু
অমুক থুক্কে নৌহৌনা,
কক্লো ঐগী লুরেনসে।

লুবাওবা— কক্কি নঙ্গী লুরেন্দো।
লুরেল অহু কক্লগা
কানত্রবা নথবায়
কাংহনগনি শোয়দনা
নঙ্গী নশা' হুদগী।
নশাদগী শিম্বরকপা
ঈঙাঙ ঈখেঙ্— ঈরাহু
থুজোক তরেং থক্লগা
ঐগী বাশক ঙাকনি।
ইরোঈ লোইবা ইয়াথং
হায়য়ু নঙ্গী অপাম্বা ?
(খয়া খয়া লাকপনা মংশাপুং
য়োশিল্লকুনা থোইবনা লৈরিবা কোম
ময়াম্বু য়োরক্লে - খোইবা মমীৎ পাং-
খোক্লকপদা খোক্লিবা খোদোক্লু উরে)

খোইম্নু— খঙ্জয়ৌরো মীচোম্না,

পামজবা নঙোন্দে
'ঙুকী মতীক্ তামগা
'ঙুকী মতীক শাকপা
ঙুজা ঐগী পুন্সিনি।

লুবাওবা— পামজবা ঐঙোন্দে
তাম্বগী দমক্তা
শিজয়োহে কজবী।

( থোইবীগী মশমা পায়তুনা মতক নমথক রক্লে—কক্কদোৱগী থাঙ্ হায়গৎলক্লে— থোইবা মানা হোৎলকুনা নৈতৌ য়োংনা লুরাওবগী থাঙ্ মৈথরে থাঙনু য়োংস্নু লৈমায়থক্তা তাপ্রে - লুরাওবনা থোইবীগী মশম পায়বা থাদোক্লুনা থাঙ্ খুমবা নোঙ্গিরিংদা থোইবনা চোংশি—ন্দুনা মখূৎ অনীনা লুরাওবগী খৌরিচরম পায়তুনা কয়া মেৎলক্লে—লুবাওবা থাঙ্বা ঙমত্রতুনা থোইবনা মথক থংদুনা লৈ—মায়থক্তা তুথপ্রে—লুবাওবনা নাকন্দা য়েন্না থাঙশন্তুনা থোইবগী মবুক্তা থিনবগা থোইবগা কয়া মেন্দুনা লুবাওবগী খৌরি উতোং থুগায়বগা চপ মাপ্রে )

থোইবী— থোইবা ! নুংগা থোইবীগী
থবায়দগী থোইবা !
( হোচ্চিন্দুনা থাঙ্ শত্তোক্লগা থোইবনু মতম্বাক্তা পমথংলে )

থোইবা— ( শদো থোংবা মাঙাঙ্না )
ম-ঙু ভম—ফা - তামথরে !

নুরা খোইনু—খাজরে!

খোইনু—

শাখি মারা ছুংশিবা,
নওবা খাদোকপিরনু
ঐনা নজনু খাজোক্লোই,
নওগী থৈনা ইনগানি।
কাউরবরা ছুংশিবা,
ঈকোপ শোয়া পান্তা মূম
লেপ্লে ভানৈভৈগী রা!
নোংচুপ চীংয়াং লানথ্রবা
কোয়েরীহনবে মশেক্লা
শিথরকপা মতম্নি—
নোংলৈ-ছুংশিৎ- লাংবদা
ঈথক ঈপোম কাবরী
খোয়শাজনবী ঈশারা
রাকয়ে হিবু লাকভেদা
ঈরাক্লখি নুরানা।
শক্লোন পুবী ইকোপা
শাছো শাব্রেপ ফাবগী
শক্রোন পুবা ফোংলবী
নুবা ঐগী ইশাবু
লাইজ ঈরোম্নুংদগী
থাগা থাগা ভাইওইনা
নওমা খাংগংশিছনা
খোইনুই থরায় কনবিখি।
কোরৌ নোংজাহুদগী
থরায় হকচাং কন্থনা
ইভাই থকগী লেক্লাজম
ইভাই নওবু ভাইজরকপা

স্নীকুপ'মতা ঙাইরবা
শিরমলাইগী মতমদা
মঙাই কংনজরবী
নাইতোম তাবী চেক্লানা
করম তৌনা মঙাইবু
থাদোক্লম্বা ঙমগনি ।
ঙাইগা ঙাইগা ঙাইকোল্লা
ঙাহ্নৌরসন্থু তাইবংদা
য়াইবি য়াইবি য়াইকোল্লা
য়ৌম্নিমসি লাইরৈপাক ৷৷
শাবি মাঙ্গা মুংশিবা
থংলেন মাঙ্গা পাম্মুবা

[ হায়রুনা থোইবগী মশাদগী শঙ্তোকপা থাঙরুনা থবাক ঈয়াক থায়রুনা মশা-বিবু কোন্দুনা হাইথরক্লে থোইন্নু লৈমায় থক্তা ]

## ৭শুবা উৎপা

**মক্ষম—শঙ্গায় মাঙ্গোল**

**মতম—অয়ুক্কী য়ুথক অহানবা**

( মনাইশিংনা কাংহাই থৌগল তৌদুনা নিংথিবা তাংবল অমগী মথক্তা নোংথ্রেন ফম্লি—ঙাইহাক লৈবগা তরুবী তফিং তফিং চেল্লকই )

তরুবী— খুমন নিংথৌ য়াইফবা,
করি হিন্নী কোন্দুনা
লুংঙাইবিরি ইনিংথৌ।

নোংথ্রেন— লুরাং চন্দ্র অপাম্বু,
ইন্নুং ঙানবী তরুবী,
কৈদৌব'গে লৈম্বেন।

তরুবী— লোইবে—তাক্লে পূন্নমক,
লুরাং তেঙ্গোল তুম খবে,
উফুল লৈবীক ওনখবে
খুমন তেংগোল অচৌবা।
চালাম্বগী লুরেনস্থু
শোইথে চী লেনখোম্বনা।

নোংথ্রেন— চালাম্ববু হাংথ্রবা।

তরুবী— কবম তৌনি ইনিংথৌ,
অরোল-অফোঙ লাম্নীনা
মাবু হাংপা ঙমদরে।
অমুক করি হায়গান
লৈপাক'নীগী তেঙ্গোনবু
মীৎন কৃষ্ণে সন্নুদা
কোঙ্গোন তাক্নুম ত কহনখ্রে।

নোংদ্রেন— থম্মোয় শোম্থাংনগম্নু
যোক্লরিবা পূম্নমক
মায়বোং য়ানা লেপ্লু্না
পাংপোক্কনি নোংদ্রেন্না

তকবী— তপথবিখো ইনিংথৌ,
তরাই তগোক্বিম্নু ।
হেঞ্জুনহা তেনগুবনা
চীংমী ময়াম খোমহুনা
থৃমন লান্দা-ননবা
থোবাং চাউনা তৌহৌবে,
পাউদম্নরে অসিসু ।

নোংদ্রেন— ফম্বাল লান্দি হবেম্মা,
ঙসি হয়েং নক্তবে
শোয়দ্রবনি নোংমদি ।

তরুবী— করম তৌনি অহুদে—
থৃমন কনা 'মতনা
ইপু-ইনাই অনীবু
তেংবাংবিনি থ জদে ।
চৌংলেন হেঞ্জু অনীশা
হিংহুনবু লৈারঙৈ—
থৃমন ফম্বান ফয়েনসু
অবেম্বনি ইনিংথৌ ।
ইপু-ইনাই অনীনা
লৈমা নিংথৌ ওইহুনা
রাযেল থুজী পাব র সে
অঙাও্ নৌরা ওইবনা
লাইধি শাম্নবানিনে ।

নোংদ্রেন— মাবু ফংবা মফমদা

ইথূং থোক্কা ওইর'স্ত্র
লৌনম্‌তনা ওইর'স্ত্র
নঙ্‌গী ঐগী খুজিম্না
মাবু মাঙ্‌হন্দোবনি ।
(লাম্মী অমা চঙ্‌লকই—খুম্মী)

লাম্মী— খূমন নিংথৌ ইনিংথৌ,
নয়াম্বুংগী মপারী
হেঞ্জুনহা তেনগুনা
চীংমী ময়াম খোমহ্‌না
খূমন লান্দারক্কবা
থৌরাং চাউনা তৌহৌয়ে।
চেকশিনবিসি ইনিংথৌ

নোংত্রেন— করি লাম্মী, কৈদৌবা ?
হেঞ্জুনহা তেনগুনা
চীংমী ময়াম খোমহ্‌না
খূমন লান্দারক্কবা
থৌরাং তৌহৌরবকো ?

লাম্মী — ইনিংথৌ ।
করম তৌনি অহূদে !
খূমন কনা 'মতনা
ইপু-ইনাই অনীবু
হন্না কাওবা য়েংবিরোই ।
ইপাম লুবাং লমদমগী
খোঙমী লাম্মী পূম্বস্ত্র
কোঙ্গোল তাক্‌ম তাকথরে ।

নোংত্রেন — শোয়্‌নরোই—
খঙ্‌হৌদনা পাইরকপা
মুশিন মুন্না লৈচান্না

কুপ্পরনি শে য়ন্দনা
খূমন নোংদেন্দা শীন্তুংনা।
শ্মুবা লৈচৌল লক্কগী
অখাক অরাউ শিশংনা
খাক্লা লাউনা ওন্থনা
তাবরনি শোন্দনা
নোংত্রেনখোস্নৈ লুংেন্দা।
কাক্তা তোর্বুং লমজাউগী
মুংশিং-নোংলৈ মাপন্না
শাফু কন্না হুন্থনা
মায়কৈ মরীমক্তগী
শীচ্চিল্লকপা শোয়রোই
খূমন ফম্বাল তমহুনা।
লোক্তাক ইশা মাপন্না
ঈথক ইপোম চাউনা-কা
কন্না ইচৌদক্লনি
য়োংশিন্নবা নোং ত্রনবু।
কোয়ৌ মালেম খোন্দুনা
ঙোঙেঙ্ঙ্ খোঙ্না চাক্লবা
শঙ্গায়শেনগী মৈরীনা
চাক্লরনি শোয়দনা
উৎপূং তানা নোংত্রেনবু।

তরুবী— ময়ামচুগী মরক্তা
লুবাং চম্বু তরুনা
অরাক তম্বা খোঞ্জেন্না
খাক্লা খাক্লা নোক্তুনা
দোংথীবা পূম্নমক
য়রোং য়াম্না লেপকনি। (চেনখি)

নোংজ্রেন— চৎলু লাম্মী, কিগম্নু
শিথহুনা লৈবগী
হৌজিক মতম নত্তুরে।
লানগী থৌরাং তৌরুচো।

লাম্মী— খুৎলায় ময়া পংলবা,
য়েরু-ময়ায় চম্লবা
মতীক চাউবা চীংলেম্নি,
চেকশিন্‌বিনি ইনিংথৌ। (চৎখি)

নোংজ্রেন— মতীক চাউবা চীংলেনদা!
করি-ন্নুংগী নোংজ্রেম্না—
(হায়হুনা মথুত্তা মকোক শৌহুনা মনী
লৈখা য়েংহুনা লৈখি থম্না লৈর'
তোলেম্না চীংলেনবু চিংহুনা পুরকই

চীংলেন— খুমন নিংথৌ লৈমাবা,
অদোন নিংথৌ পুমাবা,
সনা খুয়া থাহুদা
ইহুই কাইদ লৈদা-পক
কোংয়াল মানা তাবগুম
নোঙ্গারয়ে ইনিংথৌ!
(খুরুম্মি—খুৎ-খুদক কুন্দুনা মকো
নোম্না ফ-হুনা লৈ—নোংজ্রেন মন
ওইরবোই নীংহুনা মী.চ্চনা ফাও
য়েংলক্তে)

তোলেন— খুমন নিংথৌ ইনিংথৌ,
সনা মীৎয়েং তাবিসি—
অশোন-'নাগীদমক্তা
য়াইবি মাঙ.বা কিম্নবা;

মালেম লৈকোয় পুংসিদা
অচুম্ববু য়োক্লবা
মপোক লাঙেঙানবিরবা,
চীংবু ভন্বু লোইচনবা,
স্নজীং-চীংগুম 'তীক্লাইবা
পূকচেল চাউবা চীংলেম্না
অতোনববু কল্লবা
সনা থুম্না থাহুদা
নোঙরিয়ে ইনিংথৌ।
(চীংলেন পনবদা নোংত্রেন মমীং পাং-থোরকই মানা খল্লম্বগা ওইরম্লিবা মতৌ অতুগা খেম্নমনগ্রতুনা নোংত্রেন ইঙক ঙকখি—লৈরোল-লৈফা ওইনা)

নোংত্রেন- চীং-লেন—! (হায়না পম্থোকখি)

তোলেন- মানি চীংলেনখোম্বনি,
অচুম্বগী কৈরাকপু
কোরৌ পক্লা থারবা
পূকচেল চাউরবা চীংলেম্নি।

নোংত্রেন— চীংলেন—
অকনবদা, 'থৌবদা—
মীবু মুংশি খঙ্বদা—,
অচুম্ববু চৎপদা
কোরৌ কৈরাক থাম্রবা
স্নজীংগুম্বা চীংলেম্না
তাইবং থৱায় কল্লবা
য়াংদোদগী তোল্লবা
নোংত্রেন ঐগী ইমাঙ্দা
লৈপক্লনা তুরবা!

য়াম্বুং 'বুংঙো পূকফবা
পায়মা লিস্থ,প লৈত্রবা
শিল্লৈলোম্বা ননাওনা
লঙ্‌জথিবা পূন্নমক
ঙাকপিয়ুকো য়াম্বুংনা।
(ময়াম্বগী খুযাদা তুথপ্রে)

চীংলেন— ঐবু লোইবা ইনিংথৌ,
অমাই-তোলেন-মহাকী
মপারীগী লুরেনগা
তিংথোগুম্না থীক্লেম্বা
য়াংদৌ মাগুম তোল্লবা
চীংলেন ঐগী লুরেনগা
ওন্নরসি ইনিংথৌ।
ঙকশম থাঙ্‌ফম কচ্চরে
লুরেল তোংদম শোইবিরো!
(মঙক তিংথোক্লুনা নোম্বরকই)

নোংদ্রেন— ননাও খোম্বা ঐহাকপু
করি ওইরসিগেনে!
য়াম্বুং 'বুংঙো পূকফবা,
মচা হাৎপা হিংচাবা,
মীতম্বাক্লি হায়দুনা
লৌশিনবিফম থোকক্রু'স্থ
নতম্বাক্তা থরো-ওল,
নংগন্দা কোন্দুনা
চাউজরকপা ননাওনি,
পঙ্‌লবনি থন্দুনা
ঐবু লৌশিনবিয়ুনে!
(অঙাওবগুম্লক্লে ময়াম্বা নিংথৌ কৌরক্লে)

য়াম্বুং নিংথৌ অশোনবা,
য়াম্বুং য়াইমা লেংলক্লে,
য়াম্বুং য়াইমা লেংলক্লে।
(হায়না হায়না চেনখ্রে—মায়কৈ অমরোমদগী মীহাৎপা ময়ামগী মাঙ্, থাহুনা তরুবী লাক্লে)

তরুবী — হা হা হা হা, ফুংঙাইদা!
তোলেন, নীপা থোকইদা!
নপাদ্দীদো থাদোক্লে,
মাবু হয়েং শোযদনা
হাপ্পিরনি নোংথেংনফম!
(মীহাৎপা ময়াম থুংলবে—তরুবীনা ইন্থল পীহুনা ময়াম্মা চীংলেনবু য়োমহুনা পুখ্রে)

তোলেন— [নীক্লা নীক্লা] ইবেম্মা!

তরুবী— তুমিন লৈয়ু, তানীংদে,
য়াবা মনাও তাফদে।

তোলেন— 'হুবু ননীংথৌনদি—

তরুবী— তুমিন লৈয়ু হন্নুবা,
লৈমরেনগী য়াথংনি
ৱাঙাঙ্ মথা তাগনু।
(তোলেন নীক্তুনা লৈ)
কোক্লে, ঐগী লম-কোক্লে।
কেগে ৱাঙ্গোল নিংথৌদা
থাজরবী ঐহাকপু
ইপাচাগী ঈথেংনা
লোক্তাক মচু শংহুনা
ওংহনখিবা মনাঙদা

লম্মল শিংলে ঙসিদি ।
তোলেন, অত্থম লৈরমখো,
মনা মথীন পীগনি ।
হ' হা হা হা হা ।
[ নোকুনা চেনখি—তোলেন নিক্কুনা লৈহৌহ—নোংব্রেন কৌনা কৌনা চেল্লকই ]

নোংব্রেন— য়াম্বুং য়াইমা, লেংখংলু,
য়াম্বুং নিংথৌ লেংলক্লে—
ৎতম কুইনা মাঙখ্রবা
মনাও কোম্বি হায়দুনা
য়াম্বুং মিংথৌ লেংলক্লে । [ যৌবক্লে ]
কদায় য়াম্বুং য়াইমদে ।
তোলেন নঙবু তাব্রহে
য়ম্বুং কৈদা লেংখরে ?

তোলেন— ইনিংথৌ ! [ থক থক নীক্কুনা লৈ ]

নোংব্রেন— হায়যু, মাগী মশাদা
মরাল স্থকপক পক্কবা
মাবু উজ'মক্কদা
ইরাল পুম্বা কোব্রবা
কদায়, এগী 'য়াম্বদে ।

তোলেন— ( নীক্ক নীক্ক )
মী-হাৎ-পুং-দা পু-খ-রে ।

নোংব্রেন— নীহাৎপুংদা পুখবে ।

তোলেন— ননাঙ বেম্মা লৈমগী
সনা য়াথং তুংইন্না ।
( কিনা কিনা চংখি )

নোংব্রেন— মাঙ্ঙলেদনা অত্থুদে—

(মমায় ওন্থোক্নুনা চেনগে তৌবদা
মনাই অমা চেল্লকই )

মনাই— খূমন নিংথৌ লৈমাবা,
নয়াম্বুং য়াইমা নোঙ্গাখ্রে।

নোংদ্রেন— য়াম্বুং য়াইমা নোংঙ্গাখ্রে !
ওঃ - ! ওঃ—!

( মথুৎ অনীনা মমায় খুমহুনা হুংবংননা
লৈথি— মনাই চংখি—পুন্সিবা
কৌনা কৌনা চেল্লকই )

পুন্সিবা— খোম্বা—'য়াম্বে চীংলেনবা !
লাক্লেনেহে। ইয়াম্বা ( য়োবক্লে )
শানৌ শিঙ্খোঙ য়াইমবা
ইনাওহুবু কৈদনো !
মাবু 'মুক্তং কোল্লগা
ঈংবা কৈত্র' থরায়সে
অঙ্গংবগী তুংনফম
খম্নুং লৈপাক য়োথ্রগে !

( মীহাৎপা অমনা চীংলেনগী মকোক
পুহুনা চেল্লকই )

মীহাৎপা— খূমন নিংথৌ ইনিংথৌ,
মনাও 'বেম্মা ভরুনা
লুবেন অসী কৎলকই।

( উৎলি—নোংদ্রেন হুংবংনৈ )

পুন্সিবা— লুরেল—!
লুরেল ওইনা লাক্লবা !
খম্নুং লৈপাক য়োরমদাই
অরোয়বগী মীৎকুপ্তা
নয়াম্ববু উনবা

ইয়াম্বশী য়াইমবা
লুরেল ওইনা লাক্লবা !
( চঙশিন্দুনা লুরেল লৌরে—মুম্না য়েংলগা মপি মতুম শিম্বরক্লে )
চীংলেন !
য়াম্বে মুংশিথোইরবা !
( চেৎনা কোন্দুনা লৈমায়দা হাইথগ্রে—তম্ফাগী অশিবা মশা কোন্দুনা কোবা প্রপ প্রপ লাকই )

কোবা— খূমন নিংথৌ য়াইফবা,
মনা মথীন পীবিরো,
সনা য়াথং তূংইম্না
থবায় মিরেল কাংলবা
তম্ফাই মশা পুজরক্লে ।

নোংজ্রেন— তম্ফা, পারী য়োংইহৈবা !
( চেনশিন্দুনা তম্ফা লৌরে )
য়াম্বুং নিংথৌ অশোনবা,
পলেম পম্থৌ 'নীদগী
তাম্না য়াইবি মাঙলুবা
পারী তম্ফা য়োঁরক্লে ।

পুন্সিবা— হাঃ—। কৈদৌবা—।
পারী তম্ফা লাক্লবা !
( শোল্লি শোল্লি হৌগৎলকলে—মথুৎ অনী তিংথোকলকলে ).
কদায়—, পীয়ু ইচাদো !
( লৌরে মুম্না য়েংলকলে—মপি মতুম মতুম শিম্বরকলে )
তম্ফা, লানবা ঙমজবা

নপা ঐবু শোয়বা,
লানবিরগে হায়চুনা
পারী নহাক লাকলত্রা ?
তস্ফা !
থাপ্পা লোইবি চীংগোন্দা
কোয়না কোয়চেন চেন্দুনা
পলেম-পম্বো অনীবু
তাম্না তাম্না কৌরুবা
ইপাই মুংশি তাম্না-ও
শিবিত্রবা মীনুথাও
লানশুমত্রবা নপাবু
লানবিরগে হায়চুনা
পারী নহাক লাকলত্রা !
তস্ফা !
তাংনা তাম্না ফংলবা,
পারী মুংশি তাম্না-ও !

(হায়চুনা থম্মোয় শোক্না কপ্লমগা লৈমায়থক্তা হাইথচুনা অরোইবা য়াহিপ তনথে)

নোংত্রেন— য়াম্নুং, ইপা শরুবা !

(হায়চুনা হোচ্চিন্দুনা কোনথচ্চে-তরুবী লাউর লাউরচুনা মনাইশিংগা চেন্নকই)

তরুবী— য়েক্ল—তিংথ: লৈতরে !
নিংথৌশিংগী নিংথৌরেল,
'শানৌ নোংত্রেনথোম্বগী
কংলা মেনগী ফম্বান্দা
লোইরগু, শিখোগু, লৈতরে ।

( য়ৌরক্লে—হৱাও হৱাওনা )
খূমন নিংথৌ য়াইফবা !
( নোংজ্রেম্মা ইহন পীহ্নুনা তক্কাগা
পুক্লিবগা পুখোকহনখি )

নোংজ্রেন— লুবাং চনু য়াইতর্ন্বী,
লাক্লুবরা অকোকশা
( মনাইশিংদা )
হাৎপনদি পেল্লরোই'
চৎলু নখোয় পুম্নমক,
মীহিং চাবী অসীবু
মরু লংনা কোক্লুনা
হামুক য়াইঙং তৈরগা
খূমন সনা কৈথেন্দা
পাং তিংহ্নুনা খুঙ্গোইনৌ।
ইকায় শেঙ্গোই লাংজ্রবী
শউন তোপ্পী মায়সীদা
অচৎ অওক খিবিকপু
তিল্লাং তিনশিৎনহল্লু।

ওক্লবী— করি হায়বা ইনিংথৌ !
লাঙ্জ্রবী ঐঙোন্দা
ইরাল পীশিল্লবরা !
হৌজিক্কা তাকপিখি
" মাবু ফংবা মকমদা
ইখূৎ থোক্না ওইর'স্নু
লৌনমতনা ওইর'স্নু
নঙগী ঐগী খুজিন্না
মাবু মাঙহন্দোবনি" ।
নয়াংথংসী কাওক্না।

নোংড্রেন— তুমিন লৈয়্ যাইতবী !
পুখো চৎলু হৌজিকমক !
( তরুবীবু ময়াম্না পুখী—চীংলেনগী মকোক তরহুনা )
য়াম্নুং 'বুংঙো পূকফবা,
খূমন ফম্বাল ফম্লেন্দা
অমুক্তদি লেংখৎসি ।
( ভাংবল মথক্তা চীংলেনগী মকোক থম্লে )
পম্মৌ, ইপা শরুবা,
পায়মা পুকচেল চাউরবা ।
যাম্নুং 'বুংঙো পূকফবা !
লৌশিং নৌরা শৈদম্বাল,
শীম্লে লোম্বা ননাওগী
ইরাল পুম্বা ভাকপিয়্ ।
( খুরুম্মী )
হিংজররোই ঐহাকস্ম,
ইরান ইপোৎ ফারবা'
শোনাইরবা ইশ'সে
লোক্তাক ইশা মাপনগী
ঈরৈমদা বৎখ্রগে !
( চেনগে ভৌই হেজ্জ্ুনা থৎলি )

হেজ্জ্ু— কদায়দনো চেন্দোবা,
চেনফম লৈত্রে নহাকী ।
পোলোইতদা চাক্লবা
থাম্বি তরানিথোইনা
য়াইতম্লবা নহাকপু
কোইশিন্দুনা থম্লস্ম

মৈরুভুদা চঙ্‌হুনা
নঙ্‌বু হাৎকদৌৰনি ।
খুৎলায় পায়ৰু মীতম্বাল !

নোংজ্রেন— পাম্বী হেজু স্নেংউনে—
নঙ্‌বু পোকপা পম্ভৌনা
হুংশিজবা মপাম্বী
হেজু নঙ্‌গীদমক্তা
কম্বাল ফম্লেন কল্লি'সে
লাক্লো পাম্বী চঙ্‌লক্লো,
ঝায়েল চৈবূল পায়হুনা
তাংবল থক্তা কাররো !
(মপাগী লুরেল উরহুনা)

হেজু— পম্ভৌ—!
ইপা 'বুংঙো অপোকপা !
[লুরেন কোব্দুনা তুপ্রে]

নোংজ্রেন— মাঙ্‌লে, তাক্লে পুন্নমক
কল্লক মীহৌ চাউবগী
তমথিরবা মৈরীদা ।
ঐবূ করি ওইসিগে !

হেজু— মপা মম্নাই লম্মন্দি
শিংবা হৌনৈ মচানা
কদায়, ইপা হাৎলবা
নোংয়াই নোংজ্রেন খোম্বদে !

নোংজ্রেন— সীদা লৈরে হাৎলরো ।

হেজু— খুৎলায় পায়ৰু অয়ম্বা !
চীংলেন খোম্বা মপাম্বী
হেজুনহা তেনগুনা
মথুৎ থূলায় পাল্লম্বা

কনাঙ্গীস্থ মথক্লা
খুৎলায় পাজম লাকখিজ্রি।
নীপা থোক্লা চোংথোকউ।
নংগী য়াইবি লৌঝিগে।

নোংত্রেন— মতই মতম নত্তরে।
ইপা খোঙ্গুল তারক্লে।
ঐবু হাৎলো তেলহৈবা!

হেগ্ন— ঙাওশিন্নত্থ কান্নরোই
খুৎলায় পায়স্থ হাৎপিগে!

নোংত্রেন— য়াররোই, য়াফম থোক্তরে—
পারী, মমোম, মতৈমা
ময়াম্ববু হাৎলবা
য়াইতম্ববু হাৎত্তুনা
ইরান্দগী কোকপিন্থ
য়াফম থোক্তে কনাস্থ।
ইশামক্লা শীগুবা
ইশামকী ইরান্দি
ইরাসংমি ইশাগী
ফংবা হৌনৈ ইশানা!
হা হা হা হা হা!
নোংয়াই ন্নোংত্রেনখোম্বও,
তালোয় তেমথেং তান্নুম্বা,
তাইবং তায়োম্নরবা
মালং শেবাথনরবা,
নওগী মতীক চাবদি—
মাসীনিদো মীতম্বান!
( হায়স্থনা মশাদগী থাঙ, শত্তুনা •তোমদা

যেন্দুনা তুথগ্রে )

হেজ্ঞ—     নশামক্কী নয়ানবু
নশামক্কা বারকচ
লম্মন খুয়ে নশানা
হা হা হা হা হা ।
( মতম অসিদা মপান্দগী লৈপাক মীয়াম
য়াইফরেনগী য়াইফবা
মীয়ুংশিবু ইঙলবা
চীংলেনখোম্বা মপারী
হেজ্ঞনহা তেনশুনা
খূমন নিংথৌ ওইবিরে ।
য়াইফরে—য়াইফরে—,
লৈপাক নিংথৌ য়াইফরে ।
( লাউর লাউরদুনা চেনশিল্লকই — হেজ্ঞগী
মমাঙদা লৈপাক মীয়াম পূম্নমক খুর
খুদক কুন্দুনা মকোক নোন্দুনা লৈররে ।

---

কিজং হাইথবা ।